# মৈতৈ কংলৈরোন

ইজবা :-

**ময়াংমবম গৌরচন্দ্র**

# মৈতৈ কংলৈরোন

( মৈতৈ ময়েক্না ইবম্বদগী হৌজিক্কী চৎনবী ময়েক্না ইথোকচবা )।



ইজবা ঃ -

ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র

ফোংজবা :-

পিপলস' ম্যুজিয়ম, ককচিং
৭৯৫১০৩

অহানবা থুংনম :-

এপ্রেল ১৯৮৯

কোপি মশিং :

---

[illegible] :-

মালেম প্রিন্টার্স, ককচিং - মনিপুর

# ৱাহৈ খরদং

"মৈতৈ কংলৈরোন" পুযা অসি মৈতৈ লবাক্কী ওইবা ৱারী শীংবুল কয়া নীংশিংনবা ইরম্বা পুযাশিংগী মনুংদা অমনি। ৱারী অসিগী হৌরকপদি নোংদ লাইরেল পাখংবনা হূনচিঙ চিঙমৈ ইন্না খুন্দারকপগা লোয়নননা মৈতৈ নিংথৌশিংগী থোদোক ৱাথোক কয়া ইরি।

নিংথৌরোনশিং অসি মথং মনাও নাইনা ইদ্রবস্থ মৈতিংঙু ভুবি চন্নাইরোংবা ক্কাওবগী ৱারী লমদাং তাকপা লাইরিকনি হায়বসিদি খঙবা ঙম্মী। অসিগুম্বা পুয়া অসি তোঙান তোঙানবা খরা চপনতুনা য়েংজবদা লাইরিক অমদনা খরা হেক্তিন্না তেং- থাবা অমদনা খরা ৱাংনা তেংথাবা য়াওই।

মমল য়াম্নবা অরিবা মৈতৈ ময়েক্তা ইতুনা থম্লম্বা পুয়া অসিবু ৱাইখোংদা লৈবা ঐগী ওজা চিরোম পঙ্করতন লাইনীং- হন্না ফোঙদোক্লবগীদমক শিন্নবীরকই। অসিদসু নওনা ওজা অসিনা পিপলস' ম্যুজিয়ম, ককচিংগী মমল যাম্নবা পোং কয়া অমসু শিন্নবী। অরোইবদা লাইরিক অসি ফোঙদোকপগী থাংগৎ পীবি- রিবা ওজাগী লম্মন তোনশিনজবগা লোয়নননা নচা নন ও ওইববু পুন্সি লোংশাংনা লৈবী তাকপিবা ঙইসমু হায়না শিদবা মপুগী খুয়াখাদা থুরুমজরি।

লাইরিক অসিবু নঙ্গী চরাবা থোদাং লৌবিরিবা মালেম প্রিণ্টর্সকী ইবুঙো ইবেম্মশিংগী মফমদসু তৌবিমন খঙবা উচ্চরি।

এপ্রেল ২৮/১৯৮৯ ইং,

ককচিং। ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র

# মৈতৈ কংলৈরোন

হয়া হে হে লিকলাইও। ইপুংথৌ নোংথোরেল পুমাপা ও। লাইরেল নংগী কংলৈ পুডমায়োন। মায়াই সুমতোংপাল। লাং কোই সাবোকপুঙ। চোইনৌ সনা চংলৈবেমপা। লুপা থেলমায় লাংপাপুঙ। রায়রা সামিংয়াম। হুয়েন লাল মিংহকপা পুঙপু। হয়া লাউনা তেংথারককে। নয়ু তুপী য়োইনোংতা। নোংতা লাইরেল পাখংপাতাকী হৌনারকপা। কোরৌ নেংলাংপালতাকী চকথাঙ য়ারোঙফান। মৈপুন হাইচৌথাল। হলচিঙ চিঙমৈ য়িলনা থুলতা পুঙ। নোংথৌ সরারেল তারিপা ও মানা। লৈকুলৈরাইমুংতা। মারাল হালনা য়িমতমপানা। চায়পী পুঙ। চায়পী থুলতাপুঙ। মমা লৈন্নুংপিয়াইন্নুচা। চিংখোঙ পোইরৈতোল। খোংফাং অতোলপানা পুঙলিংবাই। লৈমা লৈনাউতাপী। চবৈলাকাপালপা খোংখৈনাপীনা। মুঙখঙরাই। মালপী হৈরোম কাও। কাওরেল নোংতমসল। নোংপোক চিঙথংসললাই মালপা। কাসোম সল চীপাকপা। য়ারেল খোংচি মাতাই কাঙচাহৈতাপা। চীনপাল লৈতোল থংচাহৈত্তাপানা। থোঙু ঙুঙ্গাচা। চেংচা ঙুঙলাইখোম সাফাপাপু। মুঙথঙপাপুঙ। কংলৈ সুমতোংপাল। পুঙলেল য়াইফপা। মায়ায়রেলপু। হয়া লাউনা তেংথারককে।।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু তেলহৈপা। চোয়নৌ সনা খোমসাপুঙ ও। কৌপাতী কতৌনোংকীনো। মৈতিংঙু তেলহৈপা মাবোয় লীনা তেলহৈপা। মায়োয় কোপসালী। চীনপা পাখুললী। মেননাংতলপা সাপীমাকী। খানলেলী যেংতাহৈপা চেকসিললী। তোলতাহৈপা ফোয়থার্লী। রাইকোক সাত্তালী। ফুমং সানালীনা। তেলহৈপানা। হৈরেম নিলতুম নিলতামপা। খুনচাল তানাত্তাপপু। হৈরেম য়িমম্বায় খায়কে। খুনচান পল তোল লোমকে হায়না। লৌরায় পোলপী খোক। চাইরেল থৈচঙপুঙতা। মৈতিংঙুনা। হুয়েল লালতাকে হায়পাকী। খৈযোয়বোন তোলনাপীনা। মাবোয় যাংলৈ খেংনা কোন। নোংপোক সনাকোন লাংচালন। চোয়নৌ সনা খোমসাখিযে। অতুনোংকীপু। মৈতিংঙু তেলহৈপা। চোযনৌ সনা খোমসাপুঙ ও। তৌনা কৌয়ে। মৈতিংঙু তেলহৈপা। সনা খোমসাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমাতী। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাওপা। খেয়নাই সেলহোংপম স্নুন। যোয়মযাই তাউতনপা। তাউরোয়নাই অঙালপা। মালেম লাংচাখৈ তখৈপা সনা খোনমাতোল অতোলপাপু। কোংয়াঙ খারাসা। মাউশী ফোপচলয়ৈ। উনিং খাকোই য়ালনা, তাউচিঙ হৈরীচীন অচৌনপানা। নোংপোক তৌরিংলৈমাচাপু। থেনথা মায়থঙপুঙ। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাওপানা। য়োয়মায়াই তাউনপাপু। যুকৌপুঙনে॥

কংলৈ মতাইমাত্তী। মৈতিংগু উরা কোনথৌপা। মতাইরেম অয়াঙ কাঙরুন্দ। কংতাকাঙ তৌযাঙ। পেরুক স্নুমতোংয়াঙ। হৈতৌনিঙখম থমপা। মোংখা সমচিলনাপা। নিঙনা চোনপা। মাঙনা কৌপা। লুখম রাংপা। লাইপক তামপানা। অয়াঙ লমথাংফমপু। থঙতাপাকী। তুরেল লাংমৈপুঙপু। কালনা চোংনা য়াঙপালমনে। তুরেল লাংমৈ পুঙনে। মৈতিংগু সেলপী মুং-য়ামপা। খোইমোম লাইমৈচিঙকী। সেলপী নিংথৌ ১০০ ফাপানা। অয়াঙ লমথাংপুঙনে। থোংনাং ময়াং তেককানারল। লালথোয়াঙ ফানাপুঙনে॥

কংলৈ মতাইমাত্তী। মৈতিংগু চিঙখোঙ লমকাইঙমপা। নোংপোক সনাতৌপা। চোয়নৌ সনা থমপামপানা। কোয়রেং নিংথৌ নোংরু অথৌপা। মপারি লৈকপা। মমোম য়োৎথাপী। থাঙথাপা ফানাপুঙনে॥

কংলৈ মতাইমাত্তী। লাইরেল ঙাংঙাই স্নোয়মোংপা। য়োয়চিঙলেল তমহৈপা। তমপাক লোলকোই লালকোইসেমপা। সারোং পুঙমায়তাউপা। য়িমলাই কৈরাই সাকা। তমহাল-পানা। মোংপা থাঙঙা য়িমচাউ সাঙৈ। মমাইপা কোনতে থুচুমমাই। সিলনাই মাইকা সকপানা। মালেম লৈনিকোল। লৈচেঙ লৈঙাঙ পেকনাফমনে॥

কংলৈ মতাইমাতী। ব্রাংঙম খুনথোপা। খুনপু য়িমতাং-সাংনে। মৈতিংঙ লাইরেল নাউথিঙখোং। মঙাংঙমপা য়াই-রাংয়িমনে। মৈতিংঙু হোংনেময়োয় খনচাউনা। তুপী ময়াই য়াইরংচাল ঙ্গুমিংথানা কুপীপা। কোরৌ খোংচোলঙ্গুপী। তোংচেং কাইনৌ থরালপীচাকক্লম। য়াইঙনথোক। কোরৌ ব্রায়েলপা। ব্রাঙপল থোথাপানা পীনাপা। য়াইরংচালপু। খাপী নমপোক চেথংকীনা। তাউচিং হৈপালালেম। ঙাইরোং সিংপাল লেমনা। য়াইরাংয়িমনে। মৈতিংঙু নাউথিঙখোংকী। তানলোয় অখুপী। লুমনেল অতোলপী। য়োযহৈ হৈবোয়নাই। নোংপাল সারী-মোমপী। সঙথুপী লমতু লোহোঙপী। ব্রাংঙম নাহা থিঙনাং সলকলচামপাকী। মাপল লোন। য়োয়পু উসোং লমলাংঙমপী। য়োয়হৈ উরেঙফাপীনা। মুরা হোংখু নাসিনা। কোমপেক তুং-থাংনা। য়িকুমপী নমপোকসেল। সংলৌ চীরি মোমঙথোমনা। কোংযাঙ চুপলেল থুং। লোকলৌ সাযিতৈ। থাঙঙা কমপোংলৈ। য়েলএা তুসেক সাপাপু। লৈরাং খোকলোয়থেংনা। লমতু লৌ-হোঙপীনা। যোয়রেল হতোন লৌখা পাকা। অসৈ লৌখাম লেংনা তিলনা। খানলৈ লৌকাম্লকপতা ব্রায়থুংয়িমনে॥

কংলৈ মতাইমাতী। মোংপা য়িমমিংতুংনে। ব্রাংঙম খুনথোপা। থোঙসিং নানৌথোংনে। মোংপা থাংঙা কারেনমাতী। ঙাংঙোই য়োয়মোংপা। য়োয়চিঙলেল তমহৈপানা অরাং লাংথাপাল তেংনৌ

লমতাইথেং। য়াওরৌ সঙাইয়াল। মোংপা সাথুলপুং। ময়াং লাইকোয়চিঙ। তোচেং সারুপৈ। লমলেল লায়নারেক্কী। সাসিফু লমঙাক তাল। থোলেল কাকথৈখানা। ময়াং নাহা সাইথেমতৈতা। য়াওরৌ সামি কৌনকমনে। মোংপা সায়ায় কোৎচংনাকানে। থাংঙা কারেলমাতী। য়োয়পু খোইমোম লাইরেমমা। মোংপা থাংঙা য়িমচাউরৈমা য়াইফপী। মাঙসোক কোলন্নং অচলপাতা। মৈরা তলভুম ওইনা রাঙলপা। থাংঙা য়িমচি খলপী। মোংপা য়িময়াঙাকপী। য়িমচিল লৈমা পাওতোইপী। নাকথারৈমা পাওয়ামপী। যুরেপ লৈমা লুচাউপী। কোলফম লৈতকপী। মালফম লৈয়েংপী।। থাংঙা য়িমচিল লৈমা য়াইফপী।। কারেনয়ায়নে।। মৈতিংঙু সেলপী মুংয়ামপা। হুয়েল লাললোইনপী। রানা কাতংঙমপী। ওইনা তা-সুপা। থানিকপা তাহুলপাপু। কায়না হুলপী। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপা। হুয়েল লাললোইনপী থোংনাং ময়াং চিরি খোমপী। ভিমবন ফাপী। লোইপী অনান ঙমপী। হুয়েল নোংমাতালপা ফাপী। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাউপা। হুয়েল লাললোইনাপী। সেলপী করো সোংসুকঙমপী। হুয়েল সমপেংপা ফাপী। মৈতিংঙু সেলপী চারাইরোংপা। হুয়েল লাললোয়নাপী। নাকা লালথাপী। পালপা কৈয়ামফাপী। য়োইপু খোইমোম লাইরেমমা। থাংঙা য়িমচাউলৈমা য়াইফপী। কারেনয়ায়নে। ফথিয়া মৈরিংকা। হাওসু তেরাম্বিরালরায়। খোইমোম লাইকুরা কমসংকানে। মোংপা থাঙঙা কারেলমাতী। য়োই পুমাঙনচিঙকুমপী।

মঙনব্রাংপাচিঙ। চিঙলেল পনলংলাকুমপী। মোংপা য়িমলেল ঙালপী। চংলম ফালসাংহেনপী। খোঙকা য়োমপী। লুকা খুমপী। মনাক থাঙথাপী। পুমলাং থাখেংপী। চিঙখোঙ লুমলাংচাল। থাপাতেরৈলুমপী। মুমিং চিঙপুরুমপী। মাসেলনা। পোনপী তুকুমপাপু চীনতিননা। চেবলা তুকুমপাপু তুরোননা। য়াতাকানে। মোংপা থাওঙা কারেনমতী। নোংপাললোন হেপীখু। উরা পোংমাওইপী। খোপাল উপোং পোঙলাংমৈ। পোংনু মাচন কুরাউতাউপী। সালওনচেক কেকে থমনোংখোং। অতোল লালচেনপম। লৈফনপাংতা। লাইচা য়িনৌকাপাতা। হুপনৌ খাঙতপায়না। চাকখোকপা চেককুমপী। পালপা কৈথিললহলপী। হুয়েল লালখিংহলপী। লাংকোই সায়াঙংফতা। রাকচিঙ লৌকোলহলপী। য়োয়পু উসোঙ লৈরাওইপী। খুনেং তেমখাঙওইপী। হেপীখু নোংপাললোন। উরা পোংমা ওইপী। থাংঙা কাবেন য়ায়নে॥

কংলৈ থাংঙা য়িমলল নাতৈমতী। সাপী ঙাইপা লাইয়ুসঙ। সানৌঙাইপা যুঙৌ সঙও। কৌপাতী কতৌ নোংকীনো। লাইরেল মৈতিংঙু। লোইপী সমপুমংমপা। হুয়েল নোংয়িনফাপাপু। লাইরেল নাউরা মখুঙ। য়ারা মাপাও চাউত্তারিঙৈ। তুপী ফমমোইমিংকাতা। লাইরেল ফললাংমৈ তোংতারিঙৈ। লাইরেল মৈতিংঙুপু। অঙৌপা সেলপী ক্যামপানা। তুপী য়োয়কোলমুং কোলমুং অচলপাতা। লাইরেল

মৈতিংঙুপু কৈরাত্তালত্তাথোংনা। নাউয়োকঙাময়ে। মৈতিংঙু নোংয়িল ফাপাকী। পলেম মমা মৈতৈলৈমা। খৈয়োয়রোন চংনিংকাপীনা। অঙৌপা সেলপী ক্যামপা অসিপু। ১০ চামাংতা। রাংলৈ য়ুমাংতাপানে। হায়পাকীপু। পুকয় সঙস্নুঙ তৈনাসা। লাইয়ু সঙস্নুঙ তৈনা সেমথিয়ে। অভুনোংকীপু। সাপী ঙাইপা য়ুঙৌসঙ। সানৌ ঙাইপা লাইয়ুসঙ ও তৌনা কৌয়ে।।

কংলৈ মতাইমতী। লমলেল কোংপারু। থাথোং য়ীমরু লাইখোং লম নামুংনে।।

কংলৈ মতাইমতী। খৈয়োইয়োন নিঙথিপী য়িনচিংথোং। চেংপীলৈমা খোংলেলয়ায়। লাইপা উঙামথাপা। চৈপৌত-রালস্নুপা। খোংলেলয়ায় ও। কোপাতী কতৌনোংকীনো। য়োয়পু খৈয়োয় নিঙথিপীনা। লাইচা য়িপাকথকতা। তিললাং হাইসিং-ননা। লেমলৈ ঙামিকৌ। য়িনঘুই মায়রুংসোন। হংবেল তাইক-ঙলাকনা। লৈরাই মুংপীথকতা। লেমলৈ ঙাচোপ থেমঙামপাপু। খোইমোম লাইপা উঙাম থাপাতী। চৈপৌত্তোরালস্নুনা। লাংলেল উঙাম ঙামচৌতোংনা। চৈপৌতরালস্নুনা। লৈকু সেংসৌননা। লাইপা উঙাম থারকপতা। লাইচা য়ীগি হৌয়ে। লেমলৈ খেরাংথাংপা। বালচেংকপোক পোকপা। ঙারা থুপ্রনচোংপা। পেঙপা লুকাপাপু। লেমলৈ নিঙতেনা। লৈকু লৈলাইন্নুংত্তা। কাউস্নুম কৌরান্নুংত্তা। সাল-থুপখিয়েলেমলৈ খেরাং থাংতারাপারাকীপু।য়োয়পু খৈয়োয় নিঙথিপী-না। রারোইখিয়ে। লাইপা উঙামথাপা নঙনা। চৈপৌ তরালস্নুনা।

লাইচা ঃমি ছৌরপাকীপু। য়াংলচেং কপোক পোকতারে। ঐতী লেমলৈ চাসীং ফংলরোইয়ে। হায়না য়ারোইখিরে। য়োইপু খৈয়োম্নিঙথিপী য়ারোই খোলকীপু। খোইমোম লাইপা উঙামথাপানা॥ লৈরোই মুংপীথকতা॥ য়ারেন খোংচি মতাই কাঙনা পাউখুমখিয়ে। য়োম্পু খৈয়োম নিঙথিপী ও। নঙনা লেমলৈ চাসীং ফংতাপা। লুকলাং মনীঙ কোয়তাপাকী। থংলেল ননেম মচা লোযয়ম ঙালপা নাহা। মাঙন খোংঙাইপা। লাললোয মীঙাখোন অতিংঙ পু হায়হৈপা। সারেল মীস্থংলাং তরেমপাপু যেপহৈপা। থমচিঙকোল হায়হৈপানা। ঐপু হারোই ঙালপা য়াতাথীরবৈনে। যোয়পু খৈয়োয নিঙথিপী ও। ঐঙী লেমলৈ খেন্নাংথাং। পেঙপা লুয়োয়কানাপাপু খোথামকে হায়না। চৈ-পৌতরালস্তপাপু। চৈরংখিয়ে। লৈরাই মুংপীথকতা। খোই-খোইমোম লাইপা উংাম থাপানা। য়িনথোঙ পৌয়াপায। য়োংপু থুংচেং হংচি লাকনা। থাপী মতাং ঙেনপাপু ঙাই-থমখিযে। তভুনোংকীপু। য়োয়পু খৈযোয নিংথিপী য়িনচিংখোং। চিংপী লৈমা খোংজেলয়ায়। লাইপা উংামথাপা খোংজেলয় য়ও তৌনা কৌয়ে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী মুংয়ামপা। সঙলেল মাথুংকা। মতাইরেম তায়ম সঙথুপা। সঙলেল নিংথৌ নাইনা য়াকাসঙনে। ছুযেল লালনিকীতী। ললহাং খুনঙমসঙ। থাঙপু মিংনাইপা ক্ষাম্রাসংনে॥

কংলৈ মতাইমতী। থাঙচা য়িমলেঙমতী। তুপী য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংপাপু। মসানেই লাইসনা। খোইমোম লাইসনাপীনা। খোথানসঙ। তুপী মানলং নোংছুমসঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী ক্যামপা। সঙলেলয়ায়। মরাংলোয়নাই লোইচাঙমপী। য়োয়পু মাঙাইরোয়তা চৈরোয়নাতা। যোয়ছে সলকল মফেৎলোয়তা। লেংতিলতাপী মরাং খোঙকাওনা। ককলেল সাহুমনাপী। লোইতাম য়িচা-চাপী থাকুমপী। থাঙয়ি ফোরাইরোং। লোইমোম ফোরাং-মৈকুমপী। সঙলেলয়ায়নে। কলহাং খুনঙমসঙ। ছয়েল লাংমৈ-তোং মিংথাইপা ফানা সঙনে। মরাং লোয়নাই লোইচা হনপী সঙলেলয়ায়। লৌতৈ খুনঙম সঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু থাঙরায় লিংখো সেলপী ক্যামপা। সঙলেলয়ায়নে। লাইরেল কোনলোয় মসঙকাই। সঙকাই তুংলাংপাল। তাতেং সংছুংসা। হেংঙোয় সংছুং রোন। পেঙকা লালচাইসঙ। ছয়েল লৈহংপী লৈহংপা ফানা সঙনে। মৈতিংঙু সোলপী কপোমপা সঙলেলয়ায়। পকলা খুনঙমসঙ। ছুয়েল লালতিকীতী। সেনতোপায চেকোং লালমিং নাইপা ফানা সংনে। লাইরেল মৈতিংঙু। সনা হিহোলহল। সেলপী খাকেমপা। তোঙতোয় লামথাপা। য়িকৌ তেলহৈপা। লীলরায় পালচুমপা সঙলেলয়ায়নে। তখেন

চামপীয়া থুনঙমসঙ। তুয়েল লালনীকীতী সেলতাবপু লংকাংপু মিংনাইপা ফানা সঙনে। মৈতি ঙ তুপী চরাইরোংপা। খোইয়ম লাইমিংথোংপু সৈরোনপা। লানলোয় পালচুমপা। চাখাপা টংযোককোলকী। পানপা লানচুমসবপা। সনা সঙকাই মা-কোমলোয়। প্রসাং নুংলংপাল অতেং সঙথুংসা। হেঙঙাই সঙনুংঙনে। মাতাইরেম সেলপী লাংচঙ থুংহৈপা। কেমোক লৌরিপানা। পাইংগা থাতিললৌ। থেঙকু নিঙথৌযৈ। পামেল টংযোন হুননা। তনলা মাথোনতৈনা। য়িমপী চাত্রা তরেং অমা তৈনা খিল। যিমমাঙ লাইখল খেনচঙ মাযোল নাইনা তাউথঙ সংনে। থেচা থুংহৈপা। কোইচা সিলহৈপামা। সীংঙলৈতোয়চল। হাংমৈ যাং ফবলৌ। যেলথিল নাক-লোয়থল। সংকাই যানম খেংনা হেংমোইসং। মতাইরেম নাকখঙ সিলহৎলোইপা। মিংযেং নানিবোঙপানা। পাথাপ অচা লৌ। মুকীম নাথিল সালনা। খোইমোম লাইসক-তমপু তনযোনলা। যাংবৌসা সয়েকপু যেক সোযতাপানা। হিংলোন নাকলৌ সীং চামেল চিতাইখোম। চাঙাঙ পাক-তৈনা। মান্নুং খেপালসিং॥

খোযহী চিতাইখোম। লুপ যাংতোলাং। চোয়নৌ সনা পুমনা লুপপা। কোবৌ অকনপা মসালতম। য়াঙপাল অরংপা মঙালনৈনা। সনু মেনোঙ থুংনা ওননা তাউঙ সঙনে।

তনলা তাওনগারকতকী। ভানথোইপা। পামেল অরেমপারকতকী। লেনথোইপা মসেলপু। য়িমপী কাওচৌওই। চকমোম নারিলওইনা। মথোং মালেম লৈয়োকপরা লৈয়ৌতা। রাওপাল ভমলোননবা। কোরৌ ভমথংনপাসংনে। তলমু মসেল থারোননা। তলহাও মসেল নমঙানা। তনলা উনিংথৌচা নেংনানা। পামেল তৈমারেঙতী খোঙকালনাপা সংনে। মাতাইরেম পাংঙল থারপ মেলতংপাচানা। তেননৌ মায়কোনঙ্গু। পামেল অকলাখিল। কোনথাঙ চারললেং। থৌরী মিতমচিংনা। তারেঙ মাললৈখেং। তনলা কুরোন হু। য়িমপী খাঙচেংখেং। পামেল তেংনৌসা। থাহৈমৈ কুননা হোল। খুত্তোন লৈতোয়চলনা। তাউখঙসংনে। পামেল উনাম তাম। থৈয়োই লুরাউপানা কাওমতা। য়োংনাউ সাথীপান। তলঙমতাপা উপু। তনলা অরেমপাতৌ। চেনখঙ মিতম ৭ কোযনা। পামেল অপুমপা। তনলা মোইলেং ভচুমপাপু। য়িময়াঙ নারিল সোল। খানলাপু মিতম হান। সঙলেল মথোনতৈ। পামেল উথোঙথোংপু তৈনা সেম। তনলা মপাচাপা মসেলপু। উরালুমপু ওই। য়োংপী লুহনখা। নোনথাং চারললেংনা। তেংনৌ পাবৈসংনে। মায়কৈ খোংচি সানা হেনমোই সঙ। সংলেন নাকপক পুতিঙ। তনলা মসেল খাচৌকনা। কায়তোয় ফায়কৈ ফোনলাংথা। খোইমোম লাইসক তমনা। নাকথিং সঙনে। লাইরেল সনা নথোংচিন।

সনা থোঙলেন মরোলয়ামপা। নমু পোংথোককোলপু ভনা-ফাংপা। পামেল উসা পকতাপা। কোনথাঙ চারললেংতোপা। তুপী কোইচা য়েকতৈপা। নমু পোংসক তমপু সংসঙ থোক ফপা। সরিক খিংখি থাং। য়াংপী হুংচৈরোননা।।

* লাইরিক অংচচি-খোইমোম লাইসব তমপাপু। তম-য়োলতাপা। হাওরৌ সাচা য়েকপা য়েকসোইতাপা কায়তোখ ফায়কৈ ফোললাংথ।-লাইরিক অমদি কায়তোয় ফোললাংচলনা হায়নই।।

তেৎনৌ কাংচিং থোঙনে। নোংপোক থাখি চকলৈসেল। লমপুই নিংথৌ পুইরিংপা ফানাসেল। লাংপল নোংলোল চ-লতাপা। থৌরাল নোংলৈ উতাপা। তলতুম মাংরেং হৌ-তাপা সেলনা। চানা য়িতাই রোইনা। য়িমকুপপাসঙ। ৭ ঙালতম নাইতা পানা। য়িমচীন সাইতাসনে। সঙলেল মা-য়কৈ ১২ মাতা। ৭ থাপালপা খোইমোম লাইসাপাপু। ম-তোল থমপাল সানা তাউথংসঙনে। সেরি নারৈননা হেন গোইসঙ। তাংসু মাবা থাংনলপুং। নোংপোক মিয়েং সেল অপানপানা। নাকখিংসঙ। পোলপী কোইচায়েক। মুঙপা থায়াঙপাকা। কৈথোঙ কামপ লৈমা নোংতমলেল। অরাই সঙথুচেককা। সঙলেল মায়ায়লাংনা। চরৈ ফিরাল থালনা সঙনে। হুয়েল লালনিকীতী। উমপী তুয়োং পুনঙমসঙ।

হাওন্নু ঙাংয়েকন্নু সাকপী ফানা সঙনে। কোনলোয় কুপতুম কুপগা। সঙলেল ঙালতুম ঙালপা। অতেং সঙখুৎসা হেকঙাই সঙন্নুংওন। লাইরেল সনা ফমপাললাং। কোনলোয় অঙালপা। সঙলেল অরেমপা। মমায় অৱাং লাইনা পাংপা সঙনে। থৌতু মুচমু সিতপা। চেঙচা মুঙঙৌ নাতপা মুঙকুমপা সঙনে। সিঙলেল মসেল লীয়েৎনা। লৈৱাং মসেল লীরোননা। মতোল থলপাল সানা হেনমোইসঙনে। সেলপী উপায়কোলকী। পায়খু চেকনিংথৌ। ৩২ মানা চিঙখোঙ য়াকৈসঙনে॥

কংলৈ সঙলেল মতায়মতী। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপা সঙলেলয়ায়নে। মতাইরেম সেলপী কবো অক্রাচা সিলহৈপা মখুৎসা। উৱা সঙওনখোক। মানলং নোংসিং সঙনে। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপানা সঙকাই ৯ ফাংনা সাপা সঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। চকপা পূমসায়খোংনে। তমপা ৱাংঙমলোন থাপী লেংনাউ মোমপীনা। লৈচোন মৈবৈকাইকী। নাউৱা চঙনা ৱায়না। না পূমসায়খোনে। খোংলেল হেনতৌয়ানে॥

কংলৈ মতাইমতী। অঙৌপা য়িমখুচন্নু সোয়নাহৌপী। কংলৈ যাথোকলমনে। কেকে মৌইবাং হাউমুনাপা ফানবমনে। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপা। চেকপল লমলোইরম। থংকান নিংথৌ য়াঙলেলপা ফানারমনে। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাওপা। চেকপল লমলোয়রম। মাথান নিংথৌ অচোংঙা ফানারমনে॥

কংলৈ মতাইমতী। য়াউরৈ লৈয়াম্বী থুলকাম লৈনামুং ও। কৌপাতী কতৌনোংকীনো। য়াওরৈ মচীকী। তেকপী মরোকচা। কায়রৈ ময়েলচা। ভান্নু থেরেচা। মমা লৈম্মং মফোকলুচা। পোলপী চীনপাকপাস্থু। কংলৈ লৈপুংথোক লৈয়ারাংনা। য়াউ-চিলখিয়ে। থুলকাম মসানৌকী। মেনাং তলপা সানামুং অঙৌপা-সুঙ। [চরৈ ফিঙৌ অঙৌপাসুঙ। কোরৌ অরাংপনা রায়থংখিয়ে]। কোরৌ অরাংপানা চোংথংখিপাকী। * য়াওরৈ চীথীনা থুলথাম নাউথীনাখিয়ে। য়াউরৈ মসাপীনা। থুলথাম য়িসানৌও। ঐকী তেকপী য়িওকচাপু। নঙনা ফারাপারা হায়না রাওইপাপু। থুলথাম মসানৌনা। সাপী নঙকী তেকপী নরোকচাপু। ঐনা ফাতে। নসানৌ ঐকী। মেনাং তলপা তুরেঙকাই অঙৌপাতুম। সাপী নঙনা হৈরাপানরিদেনে। হায়না র রৌনারাপাকী। য়াউরৈ মসাপীসুঙ। থুলথাম মসানৌকা। ২ মাপু তাওচা তুকুমনা লম-ফমনা। লিললা তুকুমপাপু। নাথেৎনাখিয়ে।।

কোরৌ মুমিংমাতা। য়াউরৈ মসাপীনী। তেকপী মরোক-চাপু। কংলৈ লৈপুংথোক লৈয়ারাংনা য়াউচিলখিয়ে। চরৈ ফিঙৌ অঙৌপাসুঙ কোরৌ অরাংপানা রায়থংখিপাপু। মিংয়েং সানকৈরাপাকী। য়াউরৈ মসাপীনা। থুলথাম য়িসানৌ ও।

---

* য়াওরৈ চীথীনা থুলথাম নাউথীনাখিয়ে = য়াউরৈ ময়াম্বগা থুলথাম মনাউগা থংনাখি।

য়িপিঙঙাতী। লৈরাং অতিংঙাপু ৱারোইনায়ে। কংলৈ অনিপু লমতমথীপা নাৱিঙৈনে। কংলৈ লমতাইসে হায়না য়াহৌনাখিযে। মালপী চকলৈ কাও। কাওরেল লেংপাসল। তুপী যোইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংপা। মচন সেরা কোংতিংমু ফামল মুকমু হায়মৈচোলপু। মলপী সাখৌথংনা। কংলৈ লমতাইথিয়ে। থাংয়ি য়াতোইরেল। সারেল লৈতোইয়াং। সংকায় কোংচেংনা। ৱানলোং নিঙকোই হৌরপাপু। সাকু ৱানলোংমুং। ৱানলোং নিঙকোয়থককীপু। সারেল মসেল তিলচিলনা। থাওচী মসেল পকচিলননা। মালপী তুহাউলৈনা লিং। কাওরেল নামুমথোং। চীবেল যেংওই লৈনাহৌ। ১মৈ হৈনা য়াংমু চোলচোনলৈনা য়াল। মুমায় তিংকোই হাসংলৈনা খননা। অসাংপম লৈরক কোলসাং মহিল কালনা চোং। অরামপম য়িমলেল সাইবঙ চেননা ঙানা। খোংখৈথিয়ে। সংলৌ য়েনসীপোং য়েন মাইরেল। থমমিংচোন খামমাইবেলপু। লপলীকৌসাংয়িল। ফকলাং লোলচাচং। উবা হুমপুলোই। চানা য়িক মাতাইকাঙনা। পাকর য়িতাইংক। হিমচিন চাকো নাবেংথকতা। নানৈখিয়ে। কোরৌ মুমিংমতৌ খৌবৈ ৱাকনপাঙ। চিঙমুং নোংকৌপীচাপু। ফুংকা লাইক হুমথাপাপু। মেপী তাঙকোইমুংকী। চেকলা পোঙসিল তুহাউ লৈনারিং। নাকন তুফাংহৌনা। লীকলা তোলকোই লৈনা লেকনা। থিঙক্রু মুৱাংতোংনা খোংখৈথিয়ে। আতুনোংকীপু য়াউরৈ লৈয়াথী থলথাম

লৈনামুংও তৌনা কৌয়ে। য়াওরৈ লৈয়াখি খুলখাম লৈনামুং তাউজং সাংনাপুঙ। মোইতং মুইনাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপানা। য়োইপু খোইমোম লাইরেম্মা। লাইরিক লৈমা সীঙচাখোলপী। হুমপু নারেঙ মুপীপু। থেমথা য়োয়থোলসঙ। কাসা য়ীরাংফমনে॥

কংলৈ মতাইমতী। য়োয়পু মৈতৈলৈমা। চীনফুরোন থাঙয়ি চেংলৈসু। সেলপী তেথাও লালথাপী। ৭ সেলপুঙ লোকপী। হুয়েল চৌফা ফাপীনা। য়িসাপী লাইরেল মৈতিংঙুচা। সাপল লালথোঙ সিনপাপু সাংতে। য়িমোম তমপা রাংঙমলোনসু ফুয়তে। য়োয়পু কোনলোয় য়িমিংথোংপু। হয়েং পোইরৈ চাতোলনা থঙলৌওরোইয়ে। কোনলোয় য়িমিংথোংপু মাঙতানাপা। থৌতু লেপনা য়ুং। চেঙচা লেপনা খিলপী ও। হায়না থোনেক মুঙনে। সলফু খুনঙমমুঙ। হাওমু লৈচোংমু সাফাপী ফানা মুঙনে। থৌতু লেপনা হংপা অমতী। য়োয়পু মৈতৈলৈমা। সেলপী পাংকা কথেলথালপী। মরাল মুহোঙ খোংথোংমুংনে॥

কংলৈ মতাইমতী। য়িমথু চমু য়াংলৈঙমপী মুমসঙ খোমহালসঙনে। ললহাং পুলকঙ ১০ তাপাপু। * মোইমিং লৈচুসঙনে। হুয়েল করিরোং মিংনাইপা ফানা সঙনে। থাঙপারমতা হৌনাসঙ। অতাই খোমসঙনে॥

* অতোপ্পা লাইরিক অমদা মৈমুংসঙনে হায়না ই।

কংলৈ মতাইমতী। কাইনৌ চাঙপোমশীনা। কোইরেং খুনঙমপুঙ। মৈতৈচোং অপিচা ফানা পুঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু তুপী চরাইরোংপা। খোইয়ুম লাঃমিংথোংপু সৈরোনপা। থোংলেন মখুৎফা। নানতা খুনঙমথোং। কেকে চিঙমৈপা কানারম। মোইরাং লাংমৈপা তলনারম। তাকমু য়ৌথিংকোলকী। লাংকোই মোইসায়া অপানপা ফানাথোং। লাংকোই সামুথোংনে॥

কংলৈ মতাইমতী। লৈমা পিয়াইনু মংসঙরাই। নিংথৌ থোঙখুপানা মংলিং রাই। তাংখুল হুইচা নিংথৌপা। য়িতম সোয়সেলপাকা। কেকে হাও কোইয়াঙকা। কানারেংনে। চীনফুরোন হাওরোকহুতী কোইনারেংনে। উয়িলখাল মাচীনা কোইপারালনে। হাওসী মংলাংচাল সিংপাক পাওহল লমনে॥

কংলৈ মতাইমতী। নোংপাললোন নোংমোইনু অহোঙপীনা। খুংতোল খুংতাংহাপ। লাংমৈ পুঙলেলচিল। সমমৈ সমতোলয়োম। সমচি হুকতুং থাংনা। থপাক ভৈথোমনা। রাংলেল পুঙথংতৈ। ৭ সেলফাংয়েনা। লাংমৈ তোলমেম নোয় নোয়খুংথেক পললাংনোয়পু। থোঙসীৎ মানপলহৌ নোয়খুংথেক নোয়মনলাংপু। নোয়না ঙমতমফমনে। হাওরৈমা তমহৈপীনা। সিললৌফমনে। অয়াঙ চারারোয় লেমথোঙ পাথংপানা। অয়াঙ মৈকাকোয়। তিংখং মৈযুতৈ। খারা খেক-

ব্রায়হৌনা নোয়না ঙমঙমফমনে। খাপালংথংচা তাউরোয় পুঙ-লোলকী। লাংলেল চানা য়িথাঙথৌকুমপানা। ঙাঙঙারাচা তোস্নুফম। হাঙরোক লোইতালফম। তেলোঙ পাংসিফমনে।

কংলৈ মতাইমতী। লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংপানা। মোংপা সানল তালহৈ। সাতুপ সাঙাঙ তোকপা কামপা। ওকলেল লাইরেল য়াওনা। য়াঙরৌ সাসীঙ ১০০ সুনা য়া-তাফমনে। খোকলা' তানাহৈপাতী মলনাফম। মোংপা য়োয় সাকাইনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু নাউফঙপানা। লমথক সারোলপুঙ। ওকলেল লাপা থারোনপা। থীঙলৌ য়াপালপা ফানাসঙনে। তীংয়ি ব্রাফোঙলাক। লাপা নোংলৈফম। কংলৈ মথোন ৭ নে। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপা। অহোঙ য়োয়-খোল সংনে। হুয়েল লালনিকীতী। মরিং লোকতোলপাপু কংলা সঙচিমতা। লৈমু সেংথাকনায়ে। উসোঙনিংথৌ লাং-মৈতোংপু। কংলা সংচিমাতা। লৈহৌতমনা সেংরোইনায়ে। হেংতুংনিংথৌ পুরেঙ লালথৌয়াঙপু। কংলা সঙচিমাতা। লৈমু সেংথাকনায়ে। মারাম খৎচালাংপু। কংলা সঙচিমাতা। লৈ-হাউ সেংরোইনায়ে। তেখাঙনিংথৌ সাফাপা। সনায়িখোল থাপাপু। মোইমিং লৈচুনায়ে। তাইপোংনিংথৌ চৌকোং লালমিংনাইপু। ৭ সেলয়ালনায়ে। মুংখোম নিংথৌ। চৌফা-

হচোমচাতী। থুচায় ১০০ না লৈনায়ে। থোংনাং ময়াং র-সকরপু। চমৈফিরাল থালনা সঙনে। মৈত্তিংগু সেলপী পা-ইথোমপা। অহোং য়োয়থোলসঙনে। য়িত্তোক খুলজেললৈকী। লোইপী লীংকারেংতী। কংলা সঙচি মাথানায়ে। সলফু নিংথৌ সনারেমপৈপু। কংলা সঙচি মাথানায়ে। নেংফৌ খুলজেললৈকী। হোংকারেংতী। কংলা সংচি মাথানায়ে॥

থংকান নিংথৌ মোইচুমখাপু। মোইমিং লৈচুনায়ে। মা-রাম নিংথৌয়িকৌরেঙতী। ৭ সেলয়ালনায়ে। তখেন নিংথৌ চাতাবৈপাতী। খুচায় ১০০ না রৈয়ানে। ময়াংনিংথৌ পো-লসারেঙতী। চরৈ ফিরাল থালনাসঙনে। লাংকোই সাকোন অমুপাতী। ছইমু তমনা য়িমতৈনায়ে। চিঙসোং মারৈমাপী লোকয়ায় হাওতমনুপু। তাইরেল নারোঙপাচা মাম্লংতমনা নাহাইসঙনে। কংলৈ লাথোন ৭ নে॥

কংলৈ মতাইমতী। হাওরি হাওতোলনা। য়েলখোঙ য়েলসানা। মনুং লীকলোং তায়ালনা। অচিল অমংপু। চি-ঙহে রেলহৈপু। থাইনাফমনে। থামেচ নোংকাপফমনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈত্তিংগু নোইনাই খুমোমপানা। চীনফু মায়তাফমনে। হুয়েল্ল লালনীকীতী। চাংথারঙ চাং-নীংসিং। পোলথারঙ লায়রাপা। সনা চীনপালথোংনা চাক-সায়পা। লুপা চীনপালথোংনা লীয়োংপা। মুঙপী খুনেংনা। লৈরাই খুথাননা। থীকসেং থাসেংফমনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাওপা। হুইনিং মানিংথৌ। পাসন লালথৌয়াঙবী। খাকাথা। মাথান লাইকা-পুঙকী। থৌতুমুঙলাংমৈতী। থককাথোলনা। খুচু খেলসাফমনে। সাউন হাইকাপফমনে। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপানা। মংকল নিংথৌ সাচিতীথাকাথা। পালপা কৈচেংলাং অচঙপাতী। য়ায়-কাচল। ক্যাংনিংথৌ সনা য়াচু সায়পাতী। থককা থোলনা। লৈহাও সেংরোঙনায়ে। কুচু থোললাংমৈনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতৈলৈমা নোংপাললোন লিলথোই-ঙমপীনা। খারী খুনঙমপুঙ। লাললু ৫০০ খাকাথানা। হুয়েল লাংতেমপুতী। থককাথোলনা। লৈমু সেংথাকপুঙনে। পুঙতী নাত্তৈনা। লাললু কোকসোকনাপা অমতী। মৈত্তৈ লৈমা নোংপাললোন। নোংচুপ লাললু ঙমপীনা। সেলপী কপোতারুং খুলঙমপুঙ। চোসেং ললেথৌয়াং ফানাপুঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপানা। মাচোল খুনঙমপুঙ। য়ুরুমপী লাললুমপা ফানাপুঙ। অয়াঙ-তোরেনফমনে॥

কংলৈ মতাইমতী। তেংলৈ মুংচা হুথান কানারম। হাওরা মুংচা অরানপা তলনারম। হয়িতৈকী। খাই নোংচেংমপিপা য়েকমা হাওতংলা। নমু পোংঙারাচা অতলপাকী। বায়রা

মরীখও। য়োয়মায়ায় তাউতলপা মসাপী। তাউগুহুরেং অহলপা ফানালী। কোরৌ নোংকাপপীপু। কৈমা রাংতৈথকতা রারীকৈনে। মৈতিংগু নিংথৌখোমপা। চংপী খকৈরেল কৈরেল মগুংকানে। কোলনা মনোংযায় মৈতিংগু তেলহৈপা। রায়রা তেলকৈখানে ॥

কংলৈ মতাইমতী। নোংথৌরেল খোংনাং ময়ামপানা। খোংনাং ভখেন নিংথৌকা। হুয়েল লালসোকনাঙৈ। কাই হিথানোং। রাংনোং লৈথোমনোংতা। লমলেল য়োংয়ামলোকতা। পালপালৈ। মানপা উসোঙ লৈপু। লাইরেল মৈতিংগুনা। মসানৌ সেলপী পাইখু লালথাপীতা খোল লোঙ লৈপু। য়িরাংলোন মৈতৈলেমা ঔরা চেক্নোংঙমপীনা। পামেল উসোংলৈপু। সনা কোনলাংচানা। সিংচেল লৈসকতমনা। চোযনৌ সনা লৈসাফমনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু খুলনা লালযামপা। কৈথে চলেনেনে। হুয়েল লালনিকীতী। কেবেরককী তীনলোথাচা। লাংখেংতৌকী রাপানাউচা। অথী অসাংচা ঘংখা নমপোককি। উবা লাংমৈরেমপা ফানাপুভনে॥

কংলৈ মতাইমতী। য়োয়রেল সঙযংথী। লাইসনা য়িমমাখৈ। মুংতিংনা নানৌসঙ। মুমনাংনা সাইতাসঙ। লারায় চংকারুকনা ১০ চাওইসঙ। পুন্নুং চেকায়পাকনা রানথোংস-

ঙনে। পোইরৈ সীঙসীতোলনা। হৌনা খুলখিলসঙ। না-চোপা লৈরৌসঙ। থোঙখুপা লৈচিংসঙ। অতোল মোইপুঙ-লোকপা। থোঙপুচা কোইঙমপা য়াতাসঙ। কাওরেল চৌপী মচন কোনখিংতাউসী হোঙনাসঙনে। কেকে মোইরাং অরেরা কাপাসু সলখিলপাপু। য়িমচিন চাকো নারেংথোংনা সহনে। মৈতিংঙু লোইয়মপা নুংপাকথা। লাইরেল লোয়তোংপা নু-ঙসাংথা। য়োয়রেন পোংনাংখা সরি নামুং অচেংপা সোন-নাকম। মৈতিংঙু হিতামসু পুলসিপা। থেঙথা য়োয়থোলসঙ। চাখা সারুং খুনঙমসঙ। অমো মোচারাং তোলপা লোকলৌথোং। কারোং লাংথৎ লৌচা ফানা পুঙনে। পানপা লাচুমসঙ। করেল থাঙয়ে-নসঙনে। মৈতৈলৈমা সেরেমপীথেমথা য়োয়থোলসঙ। তাই-পোং খুনঙমসঙ। লাংকোইমারোলপা লোকনাসঙ। লাংকোই সানিঙ তোংপা লায়েন কৌপা। লাংকোই সাকোকতোংপা লাংথমকৌপা। লাংকোই সায়ায় তোংপা সীঙমী কৌপাপু। মোইমিৎ লৈচু সঙ। য়োয়রেল সঙনামুংনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপাকা। ম-সানৌ চীঙখোঙ য়ায়মাপা থোঙলেল থুরায়লাকপা। থোংনাং চংরায়পাকা। মতাইরেম চকপা রমপু। নোংপাল মতেরমপু অথৌপাকা। থোংনাং য়াথাংক লাজচিংপা। ভীমবন অথৌ-পাকা। পোইরৈ পুমনাতিল। থোংনাংয়োমতমপৈনা। ময়াং সেনথীনা। থাংনাং পাইথীনাকুনাসে। ময়াং ঐতুঙ। পো-

ইরৈ য়িমলক চংলারোইয়ে। লাইরেল মৈতিংঙু সেলপী খাকেমপা নঙস্নুঙ। থোংনাং য়িখোয়পু নীঙতা থৌকুনো। নতাইরেম তাংখুল মচীপা মনাউ হুললালপা। সারু ফৈথেৎনা। ব্রাকতং নাসিনা। যায়ুরি খাংথোমনা। কুরাউ কাললংপুনা। চুমপুল লালনৈথেম। লুইরোং লুফাচিলনা। ভুরেল লাইচা য়িরাংমতা। লায়থুং লুইয়োম সাপা। থৌখামপও। হায়না কোরৌ নোংপু য়েং। মালেম লৈপুসোলনা। ব্রারেপনাখিয়ে। চকপা লমপু মতে অথৌপানা। ময়াং অরাক তমনা ব্রারেপ নুঙও কৌপাতী। লাইরেল সেলপী খাকেমপানা। তাঙচা য়িকাইয়ে। কতৌনাকো। লাহল লাইেল এনা ব্লিংথি কালনা চোং। মাকলং য়ৌরানখৌ নোংকিপু লৈপানে। থোংনাং ব্রারেপ নুঙও কৌপাতী কাতৌনাকো। মুব্রাউ থুনঙম নুঙ। থামুং মিংনাইপা ফানা নুঙও ভৌনা কৌয়ে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতৈরেম নোংপাললোন য়াউসোমপী হিথেল মকুমলম। লৈরায় মকারম। চকপা মেলনম মেলতাংচা ফানারমনে॥

কংলৈ মতাইমতী। চরৈরোল নাউস্নুম পুঙনে। সঙলেল নাতৈনাপাতী। লাংসঙ সঙলাংচালনে। মৈতিংঙু কোংয়ামপা য়িংলেল লালচাইসঙ। থোংনাং লামফেংতাউ ফানা সঙনে। সিনাই নানীরোঙপা। মিংয়েং তংচুমথোইপানা। খোকলাং কামু সঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী ক্যামপা সঙলেল-য়ায়। নোইনাই অচলপা সনা হকথংকী। থাঙলেল য়োথো-ফানপা সঙলেল য়ায়নে। হুয়েল লালনীকীতী। ঙাইখোং খুনঙমসঙ সনারিক মোইরেংসিপী। চিংলৈ মচন কাপুখো-মপী। লেমলৈ ঙানি নাপী। ঙারোই ল্যাংসাফাপী ফানসঙনে। মৈতিংঙু কাইনো চংামপা। খোংনাং খুনঙমসঙ। রসকর কাকলপা ফানাসঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু তুপী চরাইরোংপা। খো-ইমোম লাইমিংনাপা। কৈথেললেলনে। হুয়েল লালনীকীতী। অকলা খুলঙমপুং। সেলপী চেঙচারী চেঙচাকং মপারি খরা-য়রোং মালতংলাকপা ফানাপুঙনে। পুঙচি নাতৈনাপাঅমতী। নোংচুপ লাললুম ঙমপী। হুয়েল মেলতাইপা ফাপীনা। পা-নপা কৈরাং ফানাপুঙনে। মৈতিংঙু চাখা খোংচোমপা পুঙ-লেল মখুংফানে। মখিপা ফোনলাংপা ফানাপুঙনে। পুঙচি নাতৈনপা অমতী। মৈতিংঙু চিংখোঙ লমকাইঙনপানা। সে-কপী উরুম ফানাপুঙনে। পুঙচি নাতৈমা লাললু কোকসোকনপা অমতী। মৈতিংঙু নিংথৌ মুংয়ামপা। অহোঙ য়ুনাইপুঙনে। সেলপী কাবো অমংচাতা। লোকয়া ফরাসেনা। উতি পেনাতা-রি ফানাপুঙনে। চিনফুরোন নাহুইমুনা কোরৌকানাপা। ১০ চেংচামথেলনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী মুংয়ামপানা। হৈ-

নিংপোকপা লমহৌপুং। সেলপী কবো অকলামিংনাইপা- ফানাপুঙনে ॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু কাইনৌ চলামপানা। খিনোং খুনঙমপুঙ। সোযখোংসোযয়া ফানাপুঙনে। পুঙলেল তাইমতী। মৈতৈলৈমা নোংপাললোন লিলথোইঙমপী অহোঙ যুনাইপুঙ। কানম তেচিলপী তেচিলপা ফানাপুঙনে। মৈতৈরৈমা মরামপীনা। অহোঙ যুনাইপুঙনে। মরাম খুনঙমপুঙ। লাংপোম নিংনাইপা ফানাপুঙনে। মৈতৈরৈমা সেরেমপী। নোংচুপ লাললুমঙমপীনা। অহোঙ য়োয়থোলপুং। তাকুং নিংখৌ চৌসং লালখোয়াং ফানাপুঙনে ॥

কংলৈ মতাইমতী। যোয়পু মৈতৈরৈমা। নোংপাললোন লিলথোইঙমপী। কয়রেল মখুংফা পোইরৈ সিলথোই কযনে।

কংলৈ মতাইমতী। সীনৌ নোংপাল য়াবাল তেংমাযকী। পোতোংসেমপা যিতোং তাউপানা। মৈতিংঙু তপী যোইনোংঙা নোংতা লাইরেল পাথংপাপু। মপুন হাংচৌথাল। চকথাং তাবোঙফাননা। য়াহৌপা সুংলেলয়াইনে। থোংনাং মযং খুনঙমসঙ। পোলচেংখা তাথোপা যানাসংনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপা নংলেল খায। থোংনাং মযাং কাকুপা লালথোযাঙ ফানাসঙনে ॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু নাইথিঙখোং মঙাংঙমপা কয়রেল খুংলামখাম। য়াংকোল পুকয়রেলনে। লোইশী চিঙ-পুরোয়পা। হেমপা তমপু থলপানা। ফিপোও চামিয়োই ফিরাক তোমসারোই। ফিতুং থোয়ী কাচললোই। চাপাক লোঙচুমলোই। থাঙলেল চোমপুলোইপু। লোইহাকৈনে। সেলপী য়িমথি খললোংলোই। তুমুং লংপাললোই। ৭ সেল-পাললোই। চোয়নৌ সনা কোনপাললোইসু। থোংনাং মো-ইপুঙ পোংতম লোই। পাসোং ফিরাক লোই। লিককোল থঙচাও লোইপু। লোইহাকয়নে। চোয়নৌ সনা মপাল দাপাপু চিংনাতা। লুপা চংচৈরেমপাপু চায়নাতাপা কয়নে।।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতৈরৈমা কোপারোন। তাইপো-শী। চাপং লালথাসী মকেপুঙ চায় কাপীনা। য়িসাপী লাই-রল সেলপী থাকেমপাও। লেমলৈ তিঙলী তংপা। সোয়রেল মফৌ নমগা। পেঙপা ছুইসিথোংপু। ভারা ফুমফৌরোনপা তী। কতৌনাকো। হায়না লেমলৈ ভায়োকথোংপু। তৈনা তৌনা। লেমলৈ ভামিংচুপতাপা। রালচেং সৌরাই কৌনতা-পু। লেমলৈ ভায়োকলময়। অতুনোংকীপু। তাইপোমপী মলৈ ভায়োক কোম ও। তৌনা কোয়ে।।

কংলৈ মতাইমতী। লৌসীপা তাংখুলচামা। অয়াঙচিলপা ওচনেৎপুঙনে।

কংলৈ মত্তাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী খাকেমপানা। নাং ময়াং য়াখারেক ফানাপুঙনে।

কংলৈ মত্তাইমতী। লোয়য়ম খোইলুচামপা। অহোঙ থোলপুঙনে। কেক্কে মোইরাং লীকলাই থুম্বা নিংথৌ তরা পুঙনে।

কংলৈ পুঙলেল মত্তাইমতী। লমলৈরাকপা। হৈচাংপা-লোয়য়ম লীকলাইরোকপা। অহোঙ য়োয়থোল পুঙনে। লালনিকীতী। কেকে চিঙঙা খাঙচেলপা ফানাপুঙনে। ঙু চিঙথোঙ লমকাইঙমপানা। রায়রা তেলথাফম। ১০ পুঙনে। পুঙচি নাতৈনা লাললু কোকসোকনপা অমতী। তহোঙপা। অহোঙ মীয়ানফমনে। লুয়েল লালনি-থৌকু থৌয়াঙচা অয়াঙপা চুংসাপা অলুইপা থরোই-অহোঙ মীয়ানফমনে।

কংলৈ মত্তাইমতী। খ্বাই তাঁথোমথোং ও কৌপাতী। কতো-নো। খ্বাইচাতী হাঁরায়পাকা। হমলৈচাতী অরৈপাকা। রামপা। লাঙকমপাস্থ। লীকথাপাস্থ। সরামপা। চা য়াইচাপাকা। লুরাংপাস্থ রাইরোকপাকা। রাপা। চেঙচা লাললঙনা। থাঙলেল মথুংহলুনা। ঙাই-তিমেল মলুংচঙনা। ঙাইথিতাঙৈ। য়াইসাখুল য়াই-

চাপানা। খ্বাই হাব্রাইপাকী। তিমেল মখুৎসুপু। খোকলাং তাপুংসানা খোমথাখিয়ে। আতুনোংকীপু। খ্বাই তাখোমথোংও তৌনা কৌয়ে।

কংলৈ মতাইমতী। খমলাং অহোঙপা। কংলৈ মসুমাঙ। তীঙয়ি মাঙসোকলমতা। অহোঙ মীয়াননাপাতী। মেলতে নিংথৌ থাঙসাপা। ফুম্বামপাপু অহোঙ মীয়ানফমনে। পুঙচি নাতৈনাপাতী। নোংপাললোন পুঙলেল মখুৎফা। অহোঙ য়োয়থোলপুঙ। মারিং পাপু মাচন। ব্রাকনা চানা লৈনৌপী। তেংনাচানা হেলমোইপীকী। মথংলেল সেলতাকলেল লুখোইপা। লৈরাং সাথীপা ফানাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। কংলৈ লমথারেল লাললোয় লমমারুনে। মৈতৈরৈমা নোংপাললোন সনারেমপী। চরৈ ফিয়িলথোংনে।
( কংলৈ মতাইমতী। কংলৈ লমমথা। লাললোই লমমরুনে। মৈতৈরৈমা নোংপাললোল সনারেমপীনা। চোয়নৈ সনা মপালসা। লুপা মহৈয়ালন। চরৈ ফিয়িলথালনা। খোংহৌরায়নে। নোংপাললোল সনারেমপী। চবৈ ফিয়িলথোংনে )।।

কংলৈ মতাইমতী। মিচিংঙু সেলপী থাকেমপানা। অহোঙ মোইথোলপুঙ। লৈকাই সারেল সায়েলপুঙ। সনা কৈথেল-লেলনে। নচনলৈমা ওনহৈতপী ওনতমপুঙ। মানিংলৈমা তীক-হৈতপী তীকতমপুঙ। ৭ সেল মথকতা সেলনাথোইপা। নোইনু

থুম্ন মথকতা থুমমাথোইপাপুঙ। ঙাপা খায়চাফম। নোইম্নু ফকচাপুঙ। সেলপীচানা কানাপুঙ। থোংনাংচানা তল্লনাফম। সনা কৈথেললেঙনে। হুয়েল লালনিকীতি। থংকান নিংথৌ য়াঙলেলপাতী। পুঙচি নাতৈ মাথানা এ। থোংনাং নাকা-চোলপু। লৈহাউতমনা সেংওইনা। মঙ্গিং লোকতোলপাতী। পুঙচি নাতৈ মথানায়ে। থিংপা মৈরাপাম্নুঙ। পুঙচি নাতৈ মথানায়ে। পুঙলেল ময়ায়রেলতী। লাংকোই মরামপাতী খাকাথা। তাইপোং নিংথৌ চৌকোং লালমিংনাইতী য়ায়কাচল। থৌতুচারাইপোংতী। থককাথোলনা। অহোঙ য়োইথোলপুঙনে

কংলৈ মত্তাইমতী। খমলাং অহোঙপা। অহোঙ য়োয়-থোলপুঙ। হুয়েস লালনীকীতী। কেকে মোইরাং লোকখু মায়তৈ ফানাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী ক্যামপা। সঙ-লেলয়ায়নে। হুয়েল লালনি কীতী। থোংনাং নুংমাচেংপা। তৈমাচেংপা। কানলৈ অচঙপাপূ। মোইমিৎ লৈচু সঙনে। চোয়নৌ সনা লিহাললোই। লিললি চীনলোকপা। সঙলে-লয়ায়। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাউপা। থেমথা য়োইথোলসঙ। লাংতে থুলঙমসঙ। হুয়েল খোমমারেংপা ফানা সঙনে।।

কংলৈ মত্তাইমতী। লোয়য়ম ঙালপা নাহা। মাঙলথোং-ঙায়পানা। অহোঙ লালয়ানফমনে। হুয়েল লালনিকীতী।

অয়াংসরাচা। অরাই য়িংলেলন্নপু। তীঙয়ি মাঙসোকলমতা। উহক সেংকমসানা। অহোঙ লালয়ানফমনে। পুঙচি নাতৈমা লাললুকোক সে।কনাপাতী। লেমথোঙ অহোঙপা। কংলৈ মসুমাঙতা। রাঙতৈ রারীপী রারীপা। লাংনা মালসমলোই-পাপু। অহোঙ য়োয়থোলপুঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু পোইরৈ থুনচাউপানা। অহোঙ খোংচিংপুঙ। লাংকা নিংথৌ অরাইহুই ফানাপুঙনে॥

কংলৈ পুঙচি নাতৈনা। লাললুকোকসোকনাপাতী। মৈ-তিংঙু পোইরৈ থুমোমপা। পুঙলেন মথুংফা॥ থিংপা থুনঙমপুঙ। মরামসং ফানাপুঙনে।। ॥হুয়েল লালনিকীতী থিংপা নিংথৌ মরামসং॥ লালথৌয়াং ফামাপুঙনে।

খোংলেল নাতৈনাপাতী।। মৈতিংঙু মোইনাই থরাল-থাপানা। নোংচুপ মরোং থুনঙমখোং। মরোং মীকোক চা-সিলহৈপা। মেৎচাসেনপা হুইরোং তাউপা। অহিং সুপা স-লমা ফংপা। নোংথিলসুপা নাইমা ফংপা। মোইকায় মাচন মেনলোং তাউপা। হুয়েল নাথুপী নাথুপা। হাঙপা থীকপা লালথৌয়াঙ ফানাখোংনে। নোংচুপ মরোং খুনঙমখোং। খোং-লেল হেমতৌয়ায়। য়াংলৌ লমমথা। কংলৈ লৌচীনপাননে। মৈতিংঙু সেলপী মুংয়ামপা। পুঙলেন মথুংফা। থংকান খুন-ঙমপুঙ। হামেঙপা ফানাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। নোংপাললোন অঙৌপাচনু। নোংচুপ মরোংঙমপী। য়োয়পু লৈমা মমাঙকীনা। কোনথা য়ীচঙতা-রিঙৈ। কোনথা য়ীচঙপী। ফমলেল য়ীরাংপী। কোনথা য়ী-রাংঙরিঙে। কোনথা য়ীরাংপী। মপারী কৌপা উরেল ঙমপা। পলেম মমা পীপুকন্নুংকী। নোংহাঙলাগাপু। চরৈ নাহোংসা-না। নাউন্থমসঙনে ॥

কংলৈ মতাইমতী। রাংঙম অহোঙপা কংলৈ মন্থমাঙনে। হুয়েল লালনীকীতী। থাংরায় লোকোলনুং। কোলনুং অচল-পাকী সেললৈকানে কাতাপা। পাইরৈ তলকানে তলতাপা। থিঙলৌ তাহোরা। লাপাপেরেখম্। য়াউরৌ সিরুকংপু। লী-রেল পাকাফন। উই পৌতোংলোল। উহক সেংকমসা। ত-লমু য়াংতেকনা। তহাউসায়তানা। য়ুতিংমতাংতোই। থো-লথমমানারেক। থারাম লামথানানা। অহোঙ মীয় লফমনে ॥

কংলৈ মতাইমতী। লোইয়ম লীকলাইরোকপা। লম-লৈরাকপা লাসোংপামপা। পুঙলেল মাখুৎফা। অহোং য়ো-থোলপুঙনে। হুয়েল লালনিকীতী। কেকে মোইরাং ওমপু তংকংলাকপা ফানাপুঙনে। কংলৈ পুংচি নাতৈনা। লাল্লু কোকসোকনাপা ১তী। মৈতিংঙু পুলসিপা মুয়ামফাপা। পু-ঙলেল মখুৎফা পালপা কৈচেংলাং ফানাপুঙনে। অয়াঙ লম-লৈফমনে ॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু সেলপী ক্যামপা। মতা-ইরেম তায়ম নাইচারাকপা। য়ীরেম তোইপী মাস্থ। লো-য়য়ম লমলৈয়াঙপা মাসঙলেলনে। চৌনলাং তাইপোংপাপু। ফানাসঙনে। মরাম থাঙপু লালথৌয়াঙকা। হোংতু অথুং-লাংকা। তখেন লিলচীকপু লিলতেংপুকা। মোলসাং লুচাওপী লুচাওপাকাপু। লৈমু সেংথাকসঙনে। কুমতম নিংথৌ সেল-তাকপু। লমকাংপু। লালথৌয়াঙকা। ময়োল নিংথৌ লাল-তোংপাকা। পুরুম নিংথৌ থোমপা লৈরিসিনপু অথৌপাকা। হুয়েল লাংতেমপুকা। অনাল নিংথৌ খোকচুং লালচুংপাকা। হুয়েল তোললোইপু লালথৌয়াংকা। হোঙনাসঙনে। য়ীতোক নিংথৌ খারাবাং লালথৌয়াংকা। মুংপী নিংথৌ লুমতিংপাকা। তিংতৌ নিংথৌ হুয়েল পাথোল লালথৌয়াংকা। ফানাসঙনে। নিংথৌবেল তুপী চরাইরোংপা। মামাল য়োয়পা খুমলপাচা। খাফম সিঙস্থহলপা। তায়ম নাই চারাকপানা। খেমথা য়ো-ংথোলসঙনে। মৈরাউ খুমঙমসঙনে। হুয়েল রারিংতৌ অথৌ-পা ফানা সঙনে।

সঙলেল মতাইমতী। মৈতিংগু পোইরৈ খুলচাউপা। থংথ খোইনাই সেলহোংপমস্থ। সঙলেলয়ায়নে। হুয়েল লালনি-কীতী। তোলসেল খুলঙমসঙ। সেলরিক মিংনাইপা ফানা সঙনে খোললাং নিংথৌ কাপোং লালথৌয়াংপু। মোইমিং লৈচুসঙনে কংলৈ লমমারু। কায়পা লমনাখানে।।

কংলৈ মতাইমতী। খমলাং অহোঙপা কংলৈ মসুমাঙ। অহোং য়েংইথোলপুঙনে। লুয়েল লালনিকীতী। খুলচাদা নিং- থৌ লুমচেংতাউপা। হৈরেম য়াওল সাংপা। মনাক পাংমা লৈথাংচাপাপু। লৈমু সেংথাকপুং। লৈহাউ সেংওইপুংনে॥

কংলৈ মতাইমতী। থাঙয়ি চেংলৈপামপা। কংলৈ মসু- মাঙনে। খুনচাল মচৌঙ চীংসোং মচন। নাকমলাকপী থাচেং সাংপীপু অহোঙ মীয়ানফমনে। য়াংথোং লমমখা। কংলৈ লমমবনে॥

কংলৈ মতাইমতী। খোইমোম লাইযিংথৌ। থোংনাং লোইচাথোমপা। সিংলেল লৈচাহেপপা। উরেল উখাংথৌ উখা লাংকা ফাপকা। মসানৌ খোইমোম লাইবেনমা। চি চুলেল নোংতাইলৈমা। থোংনাং লোইচাথোমপী। সিংলেল লৈচাহেপপী। উরেল উথালমা। উরেল লাইতোং ফাপীকা। নুরাং সংদেপ লেংলমনলাং। খুমপী লৈহাউচিংকী। লাংকোই সায়াংথকতা। মরাল মুচা থেং থোংলকউৈ। কোলেলোই সিলহালপুংনে। লুয়েল লালনিবীতী। সোংসুপ খুলচমপুং। লালমু ফানাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমা। পুঙচি নাতৈমা। লাললুকোক সো- কনাপাতা। মৈতৈরৈমা য়োয়রুমলোন মরামপীকা। মসাপী লাইরেল সেলপী থাকেমপাকা। লাংকোই সায়াংথকতা। কো-

ললোই সিললালপুঙনে। হুয়েল লালনিকীতী। থোংনাং ময়াং থুলচমপুঙ। ভীমপোল ফানাপুঙনে॥

কংলৈ সংলেন মতাইমতী। মৈতৈরৈমা নোংপাললোন নোংমোংনু অংহাঙপী। মতাইরেম খোইনিঙ সেললোইনাই। মালেম লৈরু মফমতাওপা। খোইরু মিতমলাকপা। মৈপী তোংহুমচলপা। ৭ কোননু মুংপা সঙলেলয়ায়নে। হুয়েল লালনিকীতী। চাথা তাংখুল থুলচমসঙ। থমচোং ফানাসঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। য়েংযপু মৈতৈরৈমা মতাইরেম। হিয়াংলোই। য়িমমাঙলোই। য়িপুংঙুরোই। য়িংেমামরোই। য়িমমিংলোই। সায়াসেলপারোহ। তোংচেংনাউমৈকী। খুমু নোচাউ খুপা। পোলপী ব্রাযবচেক মাসুংমালপা। মিংহেং নানিরোংপানা। লকু থমহেংতো। লৈবায চুপথৈতাপা মসেল না। লেংনা তিলনা যকাসঙনে। [illegible]চিং মখোকলাং খোকলাং [illegible] থাকলো [illegible]। কোং যা [illegible] লালতোলখোক। কংলৈ [illegible] মোইপাচম ললউচৈ (ললউলখোক)। থমনৌ উনবিরোঙপা। কোংয়াং পে তোং চৈয়িফাপা। থুকা লমলোকচৈ। সিনায় নানিরোঙপানা। খোলাং কামুচৈ। মোমন্থু হৈকোই [illegible]যপা চৈনে। হুয়েল লালনিকীতী। বেকে মোইরাং লমমামি লমচাউ। ফানা চৈনে। চকলাই য়িতোক মনিং-

থৌ। থুনপু লেংয়াল অথৌপাকা। চেংলৈলয়াং থাওতৈক্ত্রকা। থোংনাং ময়াং লাইরুকোই সিলহৈপাকা। সাব্রা চুমপুনথাং। হুইরোং মিতময়েংনা। সারিক খিংখিংথাংনা। তাকলেম হি-ধাচৈনে। থোংনাং তেককারাচা অথৌপাপু। খোকতোল লাংমৈ থাংনা চৈ। থোংনাং খুলঙমচৈ। ময়াং লালচাই চৈনে। নোংমৈ লৌসীঙ লেকনাচৈ। চুঙকোই পৌতোংয়াল। থাঙলেন লৌসীঙ লোকনা। থোংনাং লালচাই সঙনে। চেকলা তুফাং থেংফপা। লৈরক থৌকাইচৈপু। খোকলাং কেংতাখোঙনা। চৈথাসঙনে। হোয়পু মৈতৈরেমা। মতাংরেম। হিয়াংলোই। য়িনমিংলোই। য়িপেমমালোই। সয়াসেলপালোই। সঙলে-নয়ায়নে। হুয়েল লালনিকীতা। লমকাং খুলঙমসঙ। হুয়েল সেলতাকপু অথোপা ফানাসঙনে। (হুয়েল সেললাকপু ফানা-সঙনে)। অনাল নিংথৌ তোললোইপু। হোঙনাসঙনে॥

কংলৈ মতাইমতৌ। কংলৈ য়ৌচিফৈ থাপা নোংচেংথক। অসৈ তেরাল হৈতরায়। খাপা কপনরমও কৌনাতী। কতো-নোংকীনো। খাপা নোংচেংপাকা। চাঙপা মেললৈপা সৌপোল সানৌঙমপাকা। লৈমলৈ অকুমসোয়। বালচেং অকাসোয়পু। সোয়মুলনাখিয়ে। চাঙপা সৌপোল ঙমপানা। থাপা নোং-চেংপাপু। কলহৌনীকখিয়ে। কোরৌ হুনিংমাত্তী। চাওপা মেললৈপা মপারি লোকপা লায়পানা। কৌপা লমমহনতা

লায়য়েংয়ে। মসানৌ চাওপা সাংপানা। মন্নুংচিঙকোল থাপ-লারৈ। নোংতা চিঙখল লাইমাক্কনা। হু-তৈ তেলসায়ে। কেকে মোইরাং চাওপা মেললৈপানা। লীরী থমোয়তিং। লকা তেল-মৈলাকনা। রাংরা তেলরায় থাপাতী। মালেম লৈতা পাল-লাপাকী। লৈকু লৈরাই কিনথরে। রায়রা তেনথা অমরকতা। লাংলেল কোংয়াং রাতা পাললাপাকী। কোংয়াং কংলাংথাং। লাংলেল মপাল তুমলে। রায়রা তেনথা অমরকতী। পামেল উতা পাললাপাকী। তললা উরায়কং। পামেল উচুং লোইরে। রায়রা তেলথা অমরকতা। থাপা নোংচেংপাপু লুতুরে। মপারী সংকাইতেলহংপাকা। মমোম কাঙকম য়ীচুপপীসুঙ। মখোয় অহুমমাপু। ফুংকা লোঙচুম ওই। থমকোই কারোঙ ওইনা নোংমললে। আতুনোংক্লীপু থাপা কাপনারম নোংচেং হুলনা-রমও তৌনা কৌয়ে। থাপা নোচেংপাপু লুতুরাইও তৌনা কৌয়ে।।

কংলৈ মতাইমতী। খোইপীনা নানমরায়। হৈচেংলোয়-নাই চাককমরাই। তাঙলম লোয়নাইনা য়ুসিলরাই। মচেঙ কায়রৈ লুমালপানা। সারেল সাসিরাইনে।

কংলৈ মতাইমতী। কংলৈ য়ীচীফৈ। মেলখোমপা লৈনা-মুংনে।

কংলৈ মতাইমতী। লাইসনা য়িমমাথৈ। থোঙপম মনাও তিলপীচামপা। চাংনিংহেনপা। পানপা নাপনপা খুনখুমসঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সমৈরাং য়োয়রেলপানা। ১০ চাকচাপুঙনে। কুমপা নিংথৌ সোয়ফমপা। সাফুতুময়েকলাপা। লাংহৈতুম ফিপালপা। চিঙথারাও পালপা খোঙখৈনাপা। চিঙকাপাক পালপা তুংখাংনাপা। ঙাংচেং ঙঙলনাপা ফানাপুঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। নোংপাল অরামপামপা। কংলৈ মাঙ্গমাঙনে। নোংয়ায় হাওতোলচম নাইচা। তাপা ন্যনৈপালখোংথোননী সকপা। কাইপী য়োয়হাঙপামপা। মারোং চুংসুতা। তিমেল তাসুতানা। খেরেকাঙখোকথৌপাকা। চকপারৈমা হাওনু অতেতাওপী। তাঙচা সমনাফপী। ফিমু নমনাকননা। তীনলৌ য়ীথৈলৌপী। খারাপালসং হেনপাকা। লাললু কোক সোকনা। লীরেল পালকা ফননা। অহোঙ য়োয়থোলপুঙনে। (অহোঙ মীয়ানফমনে)। হুয়েল লালনিকীতৌ কেকে মোইরাং লাইচিঙথু চুঙয়াংপা ফানাপুঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। নোংপাল তিলপাচানপা লালহোইসঙনে। য়াংঙম নাহা হুইতারোই য়ুপালহলপা। সঙলেলয়ায়নে। মৈতিংঙু হিতামসু পুলসিপা। থেমথা য়োয়থোলসঙ। কেকে মোইরাং কুমওনপী কুমওনপা। সীমিংপী কাতলপা। অরেরা কাপাসু সলথিলপা ফানাসঙনে। নোংয়ায় অরিকথুপা। খুমল পাংখায়চামপাপু। য়িমচীন চাকো নারেং থোংনাসঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। অয়াঙ সামুককোল ৱাখায়মাঙনে। হুয়েল লালনিকীতী। মারাম লৈমা পোংম্নকোপী ফানাপুঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপা সঙলেল-য়ায়নে। হুয়েল লালনিকীতী। মারাম লাংপোম মিংনাইপাপু। (মারাম নিংথৌ খাপু মিংনাইপাপু)। পামেল উখাথানা অহোঙ ৱোলথোলনায়ে। (হোঙনাসঙনে)। মারাম থাওপী হুংলাংকৈসি চিঙকী। কাঙলেল লালথৌয়াঙপু মোইমিং লৈচুনায়ে। মৈ-তিংঙু পোইরৈ খুনথোমপা (খুলমোমপা)। থেমথা য়োয়থো-লসঙ। মুঙখান খুনঙমসঙ। হুয়েল লালসিংপাপু। পামেল উখাথানা হোঙনাসঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। ৱাংঙমলোন কোনলোয়লমা খুৎ-তোলচাওপী। মৈতিংঙু থিংপাই সেলহোঙপাচন্ন। ৱাম্নরা সাকুপী। হুয়েল লালকুপী পুঙলেল নোংচু য়ায়নে।।

কংলৈ মতাইমতী। খনলাং অহোংপা। কংলৈ মম্নমাঙ। অতোল লালচেনপম নাহা। আয়াঙ তৌৱাংলাপু। অহোঙ মীয়ানফমনে।।

কংলৈ মতাইমতী। চেংলৈ লুৱাং য়ীকা। তাকনা লৈ-রোংয়ীকা। লমফেল সোয়কনকা। থীকসেং থাসেংফম। চীনফু মায়তাফমনে। লাইচা য়ীওনথোংনে। তীনচা লাইচা তীনমু লাইমু।

মনু মখাণ্ড। ব্বারেল নোললেল। খুলচীন। লালচীন মীচীন মীপাণ্ড। অরুম অখম। চকংলাইতাংলাই। হাওইর খানা পাংপ রম। য়ীমু য়ীরেয়ননা। চেনথায়ীনে। পুলসি নোংসাং। হায়হৈ লৌহৈ। কপয়াং তায়াংপা। পাওই পুওই। চুমতম থোরাং। অয়াঙ অখো। চুঙসেল তাফুঙ। লমখম লালকোল। মাঙব্রায় লালচাই। কৈথেং চকমারিং তাংমারিং। সলফি নাইফি ফিতুপ ফিতাই। কোরি সলচাও। য়োংপুতমপূ। সনা লুপাতী। অব্রাংলাইনা পাংনা চেনথৎয়ীনে। লাইচা য়ীওনথোং খোংলেন হেমতৌয়ায়নে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু সেলপী খাকেমপানা। থোংনাং ময়াংপুতনতাও ফানাথোংনে। থোংলেল লাইখুয়ায়নে॥

কংলৈ মতাইমতী। লোয়য়ম মারা অচোঙপা। অহোঙ য়োয়থোলপুঙ। হুয়েল লালনিকীতী। মপুহাঙপা য়েননমপো- কন্বী ফানাপুঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু সেলপী খাকেমপা। কংলৈ থোঙলেলখৈনে। মীচীন মীপাউ। খুলচীন লালচীন মনু মখাঙ। তীনচা লাইচা। তীনমু লাইমু। খাঙনা থোংনে। তুপীসনা মথোঙচীন। থোংনাং ময়াং তেককারাচা ফানাথোঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু থোংনাং ময়ামপা। সঙলেন মথুংফানে। মতাইরেম চেকসা তলগা মীখনথায়। ব্রাংকোল

কৈকংহল্পানাচিংনা। ব্রাংকাল কৈরুংপা ৮ মানা। লাইবেল মৈতিংঙু থোংনাং ময়ামপাপু। থেমথা য়োয়থোলপুঙনে। সঙ-লেল য়ায়রেকসঙ। পানপা কৈসকপা কৈরেল তেংথাপা। তায়ন নাইচা মসেলনা যাকা সঙনে। কেকে থমপাল নোং-সারোকী। হখেন তেকোল লালচাইসঙ। থোংনাং পঞ্চম-রাই। ফানাসঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। নোংপাললোন লিঙথোইঙমপীনা। থোংনাং খুনঙমপুঙ। মাকু সায়াপাল মরিংপা ফানাসঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। য়োয়পু মৈতৈরৈনা। অঙোপাচনু। নোংপাললোন লুচাঙপীনা। তখেন লাংথা খুনঙমপুঙ। মা-ললা মিংনাইপা ফানাপুঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী মৈতিংঙু সেলপী ক্যামপা। সঙলে-লয়াখনে। পেঙকা খুনঙমসঙ। হৃরেল লহপী লৈহঙপা ফানাসঙনে। হনতৃপ খুনঙমসঙ। মৌয়িলপী মীয়লপাপু হো-নোসঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু নিংথৌখোমপানা। মারিংখুলঙমপু-ঙনে। হৃযেল মালনিকীতী। মাবি তারাংকৈকোইপীক। মাতুনিংথৌ কোলতেসলথিল লাংকৈপ কা। লৈমু সেংথাকপুঙনে লৈহাঙইপুঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু সেলপী খাকেমপা। সঙ-লেযায়নে। লাংকোই মারামপা লোকনা সংনে। ছুয়েল লা-লনিকীতৌ। সিংমি লাঙকম মিংনাইবা। লায়ীপ লাল থৌযাঙ ফানাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু সেলপী মুংমামপানা। সেলপী মুমুরাকপা তোংলেঙ তাওপা। চকমোম খামপী মৈমিংনাপা। ফেখামতাওপা ফানা সংনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙ সেলপী খাকেমপানা। তাই-পোং খুনচমথোঙ। চৌকোং মিংনাইপা ফানাথোঙনে॥

কংলৈ মতাইমতী। লুরাংথোকরাপোক। থীকনেম কাই-পাবম। সারনোকাফন। মালেম লৈহমফন। কেংরৌ নেং-তাইফম। ১০ চানিফন লাইচা থীনিফমনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু সেলপী খাকেমপানা। তিমেল তাচায়থোংনে। থোংনাং পাতাকোল ফানাথোং। খোংলেল তেমতৌ যাযনে॥

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংগু সেলপী মুংযামপানা। চামলৌ লাযেলপুঙনে। তানান্ন লৈমা থাবোল নিংথৌচন্ন। লৈমা সুমকেংন্ন সাফপী ফানাপুঙনে॥

পুঙলেন নাতৈমাতী। অয়াং পামফৌফন থোংসঙ

য়াথোকফমনে। মৈতিংঙু নোইনাই খব্রানথাপানা। ওকলেল চাপাপুঙনে। থাঙব্রায় নিংথৌ সেলপী মুংয়ামপানা। মুংয়োং-খুনঙমপুঙনে। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাওপানা। খুংলাং খুন-ঙমপুঙ। পোংলেল ফানা পুঙনে॥

কংলৈ মত্তাইমতী। মৈতৈরৈমা নোংপালপোল লিলথো-ইঙমপীনা। সমপুমনিংথৌ মৈরাংপা। কোনচললালচুংপাপু। কংলৈ থাঙয়ানপুঙনে। পুঙচি নাতৈনাপাতী। চৈরৈরোন পাং-কাঙমপী না। পালপুহখম মিংনাইপাপু। কংলৈ থাঙয়ানপুঙনে।

কংলৈ মত্তাইমতা তানথোঙ লমমাপাক। লেমথোঙ লম-মাচুমনে। মৈতিংঙু চেঙচা নুঙকোইপীনে। তায়োল থাংয়ে-নুঙ সেনলৈ মালতে য়ীয়ানুঙ। পাইবৈ মালতে য়ীয়া নুঙনে। সমচেৎপী উকাপা। হংয়েংপা হংয়েংপী য়োংহকপা নমু পোংসাপী পোংসাপা। ফানাপুঙনে। চোংথাম নুরাফা-পাপু উই পোতোংলোননাফমনে॥

কংলৈ মত্তাইমর্তা। মৈতিংঙু তুপী চারাইবোংপা। খোই-য়ম লাইনিংথোংপু সৈঙন পানা। য়াইমাঙ লমখাঙপুঙনে। তারাউ খুললেনলৈকী। তুয়েল পুঙমায়রেঙ ফানাফমনে। পুঙচি নাতৈনাপাতী। মৈতিংঙু পুলসিপানা মুনু খুনঙমপুঙনে। লা-ললু ৭০০ থাকা থানা। রায়রা তেলথাপুঙনে। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপানা। পুরুম খুনঙমপুঙ লাললু ৫০০ থাকাথানা।

পুরম নিংথৌ লাংত্তেমপুতী থককাখোননা। রায়রা তে'লথা-পুণ্ডনে ॥

কংলৈ মতাইমতী। লাইসনা ফৌ ফৌফমনে। (ফ ল ফৌফমনে)।

কংলৈ মতাইমতা। মৈতৈবেমা নোংপাললোন লিলথো-ইজমপীনা। য়ারৌ সায়াখোংনে। নোংপাললোন চিঙচাবো-য়পীনা। থাঙকঙ লোকনা পুণ্ডনে ॥

কংলৈ মতাইমতী। থাপী য়ায়হোলকীনা। কাংবেল সল লুকং অকংপাপু। সম পুংতায়েনা। নোংনা চমতমক্তমনে।

কংলৈ মতাইমতী। থাপী উসোম্সঙনে। মৈতৈবেমা। নোংপাললোন সুমলৈমানা। লাইরেল মাপারি লোইতোংপাপু। নাটয়াকসঙনে। সোযসীংপা সোযয়ামপানা। ভ মেচাকনা অমেবোংনা। কোবোচীতাইফম বাংপল নোংতাইফম। বাসা যীরাংফমনে। চুপলেল ১ তে নাউহেল ১ তৈনা। সারৈকু কাসারাং। পাথোম পাবাকসা। থাপী থাপালাং। চিঙলেল তমলোলসনা। লেমা পুনসি খাননাকম। নিংথৌপুলসি মিনা-ফমনে। সুকনি সোইনিক্রমনে। লোযয়মপা লুঙপাকথা। লোই-তোংপা লুঙসাংথা। লুঙচি হলথা লুচনে। হুয়েল লালনিকীতী। খোয়পা নাউখোংসু। তলমু নাউখোংচা অতোল য়াইথিঙপা।

কোকমারোং হিনাউপা। তেকপী ওকসাপা। কাওরেল সল সাপা ফানা লুংনে।।

কংলৈ মতাইমতী। মিথুরাক লমলৈফম। কাওরেল মেরা সলতুফমনে। সলথিন তেংমাইথিনপা। তারঙলৈমাচা য়াংলৈঙমপা। লৈরাং মাঙংলাকপানা। চবৈলেরেপৌ। হাওকুতংকমথুৎ। লাং-পল কাঙচীন লোনফপা। কাযরৈ ম্লেলকু থিংফপা। থুনু লুমথীৎচলপা। হেমপা চীওসাংলালাডিউ ফিপু। চরৈ পাযথু লেংহাননা। মারোং চৈতমফম। কংলৈ সায়া তানাফমনে। সলচি নারোং য়ৈ। হেকঙায় মপাউচা-ও। কুকঙ পাংকায়ৈ। থিঙকু মাথিনায। চেপপী কৈনা হাযনা। মিকোলফননে। থাপা লাংথংচানা। মাতোম লেংতাথোঙনা। মাবোং মাঙয়ি-ননা। তেংনা লুমমৈথাংনা। থাপী চৈথংকি। অমাই য়াইহোং-কীনা। চিঙথোঙমিরেলথোইপু। পায়থু লেংহালনা। লিক-লাং ঙঙকোয়নানা। মাবোং লাংকপ ৫ ফাংপা। থোমলেল নঙনা ফাঙপা রাপু। মঙলানা। কৈলুং মামাযপী। লীলী লীফোংপীনা। কমপীথাতাকোল। রায়সেংফামনা হাপ। থোইচু তোহলোংয়িবনা। কৈলুং অসৈপী। সাচি লাংকপীনা। থোম-সাপানা থোম ৫ য়েল। লাকসাপানা লাক ৫ য়েল। অঙাংপা থাপা য়োইকৌয়েন। চকপা থারোই খুলঙময়েল। মেৎপা উরাউপা লাকাই সলচঙলোই। অহলপা ফানায়েল। ঙকয়া তামৈচুমপু। মাচেং কায়রৈ নাকতায়েপনা। থানিংমিকোল-ফমনে।।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু পোইরৈ পুনচাউনানা। মাংহৌ পুনহম্মপুঙনে। অচোংনিংনা ইপা যানংপুঙনে। অযাঙ লৈনেংফমনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু সেলপী থাকেমপানা। তল মুফেনাথাম। তলহাউ চানংনানা। তুরেল মুংপী ফৈনাখিংনা। থোংলেল ১ নেমনা সাপাতী। পোইরৈ খুলচা তায়ম নাংচা মানা চৎনাথোংনে। থোংলেল ১ রাংনা সাপাতী। মাচী খেংই-মোম লাইযিংথো চিঙলেন নোংতাইনিংথোকা। মৈতিংচু সেলপী খাকেমপাকা লাননাথোং। মুংযোং খুলঙমথোং। থামুং নিং-নাইপা ফানাথোং। খাপা লাংথংচানা। চাউনা তোমুফমনে। পোইরৈ অসেন্নাই। রাংঙম তেংথাফমনে।

কংলৈ মতাইমতা। মৈতিংঙু নোংনাই থাগালখাপা। লাইরেল নাকযে হিকান্নম। তুপী খুৎতৈ মায়ৈত্রবনেনে।।

কংলে মতাইমতী। চৈরোন নাওরেমপাচান্না। নোইন্নু খুংসাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। মৈতিংঙু থিঙপাই সেলহোঙপানা। অহোঙ যুনৈপুঙ। খারাচোং আচোংপা। খাবাপোল অপোলপা। চুঙচি মতৈ মনাউ ফানাপুঙনে। মৈতিংঙু লোয়য়মপা অহোঙ য়োয়থোলপুঙ। রায়বং সেলপা পুংকাইপা ফানাপুঙনে। মৈ-তিংঙু নোইনাই খুমোমপা। অহোঙ য়োয়পোলপুঙ। অতোল

মোইপুঙলোকপা থোঙপুচাকোঙমপা ফানাপুংনে। মৈতিং সনা-হোংপানা য়ায়বা চলনা। পুং পুন নিংথৌ। কেনোঙসাতি থককাথোলনা। অহোঙ য়ুনাইপুংনে। হয়েন লালনিকৌতী। খারোই নিংথৌ মারোংয়াংলৈ লালথোয়াংকা। ম'য়োলনিংথৌ যুরুমপী লালন্নমপাকা তোলপুঙনিংথৌ রানলোং থোংতৌপাকা। ললহাংনিংথৌ আপুং লালমিংনাইকা। লাললু ৫ কোকসাক-নানা। অহোং য়ুনাইপুঙতা। অহোঙ য়োয়থোলপুংনে। থোংনাং অরিং অরাংতাউ। লাকা সুমকাতাউ ফানা পুঙনে। মৈতিংঙু তেলহৈপা অহোঙ য়োয়থোলপুঙ। খুনচালহলপা নাউ-সেক য়ামপা। হৈবেম কাতাপা ঙাতাফম খমলাং মাখিচামপা। লাংকোই সাকোনলোইপা ফানাপুঙনে। মৈতিংঙু চৈকনথেকপা অহোঙ য়োয়থোলপুঙ। কমপোং পায়াকোংসিলহৈপা। হাঙ-খোং সুঙইনাপা ফানাপুঙনে। মৈতিংঙু সেলপী ক্যামপানা। অহোঙ য়োয়থোলপুঙ। খারী খুনঙমপুঙ। লাললু ৫০০ পা-য়েল উখাখানা খাকাথানা। হুয়েল লোংকমপুতী। থককা-থোনন। হোঙনেমপুংনে। মৈতিংঙু সেলপী মায়ামপা। কবো নিংথৌ ১০০ ফাপানা। অহোঙ য়োয়থোলপুঙনে। খারী মারোং লালথোয়াঙকা। মায়োল যুরুমপী যুরুমপাকা। তো-লপুঙ রানলোং থোংতৌপাকা। ললহাং অপুং লালমিংনাইকা। লাললু ৫ কোকসোকনানা। অহোঙ য়োয়থোলপুঙনে। মৈতিংঙু সেলপী খাকেমপা অহোঙ য়োয়থোলপুঙ। সেলপী ক্যাংনিংথৌ

চৌরেংখ্নকা। মীতোক থমলোং লালথৌয়্নকা। মুন্থুনিংবৌ লাচোন লালমিংনাইকা। মারান কাবেংচেংকা। তখেন অবাই চামনাকা। লালনু ৫ থাবোননিকন। অহোঙ য়োয়খোলপুংনে। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাউপানা অহোঙ য়ুনাইপুগনে। হুইনিং মানিংথৌ। পাসন লালথোযাঙ ফানাপুঙনে। মতিংঙু পোইরৈ খুনমোমপা অহোঙ য়োযখোলপুঙ। সাচুলনিংথৌ কেয়াঙ পাকা। ওকফুননিংথৌ খোইয়ুম্নাঙকা। মাহৌচামপীরেংকা। লালনু ৫০০ থাকাথানা। পামেল উখিলপুঙনে।।

কংলৈ মতাইমতী। ব্রাংঙমলোন খিঙপা ফাপীনা (খিঙপা-ঙমপী)। খিঙপাচোং অচোংপা। খুপোম যাইসীরোনপা। যাইনম মার্সীঙস্নপা। খুৎতাং যাইচৌপুপা ফানাপুঙনে।

কংলৈ মতাইমতী। চীনথুবোন থাঙকানফম। থাপী থংচোংফম। খাংপক যীতাসংনে।।

কংলৈ মতাইমতী। নোংপাললোন সেলপী অকোঙচনু। সলফু খোঙখোংনা। নাকুমনেৎচং য়ানপী। নোংপাললোন সলফুঙমপী। লাকথোং থাচিংপীলৈমা খোংলেলয়ায়নে।।

কংলৈ মতাইমতী। ব্রাংঙমলোন ওচেন লালথাপীনা (লা-য়েপ লালথাপীনা)। ঙ্মমফে খুনঙমলাক। লৈচুঙমিংনাইপা ফানারাকনে। মেনাংতলপা খুচুম কেলতাপানা। চীয়ৈকম থাপা থাংচোংফমনে।।

হয়িচক্'ংতা। মাংসম চিৰেক ৭ না মায়ৈক ৪ মানা। মাৱাল য়িমকাতমত্তাবিঙ। মৈতিংঙু ভাংডোই য়োয়মোংপানা। কোন্নৌ চুমিত্তাং। ব্রাংপল নোংমিত্তাপু য়েংনা। কোংয়াঙ থায়চা মিতমলাকনা। তাওখঙয়িমনে। ছাংডোই যোইমোংপা য়োয়চিঙ- লেল তমহৈপা তমপাক খুলকোই লাংকোই সেমপা। সারোঙ পুঙমায়ত্তাউম্পা। য়িমল্লাই কৈরাইসাকা তমহৈপানা। লোইপী চিংু কাকলেন। ককলেন মীঙমপা। সান্না পামচেলপা ফানা য়িমনে। মেতিংঙু চৈকনখেকপা নুয়ামফাপানা। চাখা ভাংখুল খুনঙময়িম। মাবেতোং খমতিংপা ফানা য়িমনে॥

মৈতিংঙু সেলপী ক্যামপানা। চাপংখুঙময়িম। কাবোং- খম মাধপাকপা ফানায়িমনে। মেতিংঙু নোংপোক সনাতোপা। চোয়নৌ সনা খমপামপানা। সিকোং খুনংময়িম। চৌকোং মিংনাইপা ফানা যিমনে। মৈতিংঙু খোঙ্গয়ম লাইমিংনাপা। কোবৌ নোংথিলচাইপা। ভয়েল কামুংফাপানা। খোংনাং বস কর ক্বাকল ফানায়িমনে মৈতিংঙু মংযামপানা খামরন খুন- ঙময়িম। মংব্রা ফানায়িমনে। ক্যাংনিংখৌ মুনসিনলোং লৌথি- পাপু। উরেপ চাখিননায়ে। আবা নিংখৌ ঙমপুরাচাপু। মোংপা থাঙঙা নাকতৈমাতা। লাকখা চাউখোং মাথানায়ে। খমারল নিংখৌ গুয়েন আনালাংপু উরেপ চাখিলনায়ে। মোং- পা য়িমমিংতুং। থাংঙা য়িমচিমাতা লাকথা চাউখোং মাথানায়ে। খামরল চৌফা মিংনাইপাপু। মোইমিং লৈচুনায়ে। ললহাং

আপুং মিংনাংপাত্তী। ৭ সেলয়ালনায়ে। কোইবেং আনারাপু। মোংপা য়িমিংতুংতা লাকথা চাউখোং মাথানায়ে। মোনসাং নিংথৌ খামলাংপাত্তী। মোংপা নাকতৈমা। থাংজা য়িমচিমাতা। লাকথা চে খোং মাথানায়ে। মৈতেংঙ সেলপী খাকেমপানা। লিলরায় পালচুমপা সংলেনয়ায়নে। থোংনাংখুনওমায়ন। ময়াং লালচাই য়িমনে। ছুয়েল ল লনীকীতী। থোংনাংপ্রতাপ নারল লাংচিংপাপু। সনা চকফি থোংনা য়িমনে। মপারি পাতো-কোল লালথোয়াওতী। য়িমচীন চাকো নারেংখোংনা য়িমনে। থোংনাং তেকক নারলতী। মোইমিং লেচুনায়ে। তখেল নিংথৌ আরাইচামপ্রাতী। উরেপ চাখিলনায়ে। থংকান নিংথৌ খাও নপাতী। মোংপা য়িমাচমাতা। লাকথা চাউখোং মাথানায়ে। য়িত্তোক নিংথৌ খমলোং লালথোয়াংতী। মেনপা নাকতে মাতা। লাকথা চাউখোং মাথানায়ে। উরেপ মাকতিংসা। বৈবেল অথোপাতী। য়িমনীঙ ৭ সেলয়ালনায়ে। সায়পু সে-লতোপনায়ে। থোংনাং ময়াং লাললু ১০০০ মাপু। য়িমমাঙ খোঙলেল তলনু চানেৎনায়ে। সেলপী সোংসুক নিংথৌ থামুং লালথোয়াঙপু। য়িমমাঙ মোইমিং লৈচুনায়ে। পুকম নিংথৌ লাতেমপুতী। মোংপা নাকতৈমা। য়িমনিঙ লাকথা চাউখোং মাথানায়ে। থোংখোঙ কারলসা কাইপী সাওম। সাওম থারারতাঙতী। য়িমনীঙ ৭ সেলয়ালনায়ে। মাতাইরেম চরৈ লাইক্করা। রাংঙম লাকহিমোম সাফাপীপু। তাইরেল নারো-

ঙপীচামাম্লুংতমনা। লাইচা খিকফেল লৌনা। নাহাইয়িমনে।।

লাংকোই সাকোন খোংতোঙপাপু। যাংলৈ তাউপা মা-ম্লুংতমনা। কংকাথাংনা। হুইমুকুম য়িমতৈয়িমনে। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাউপ।। থংতো খোইনাথ সেজহোঙপমম্লনা। নোং-পোক খামবল লনফময়িন। মঙতু ফানা য়িমনে। মুঙখান নিংথৌ সারৈরাকপানু। উরেপ চাখিলনায়ে। লাংতে নিংথৌ খোমমাবেংপাপু মোইমিং লৈচুনায়ে। সারোল নিংথৌ মুংথোলপাপু। ৭ সেলযালনাযে। সায়পু সেলতোপনায়ে। তোল-সেল নিংথৌ খোলপুঙপাতী। য়িমচীন চাকো নারেং থোংনায়ে। য়িতোক নিংথৌ খোঙথীনপাতী। মোংপা নাকতৈমাতা। লা কথা চাউখোং মাথানায়ে। ঙাইখোং সেলতাকলেল মীন্নুংঙাইতী। (সলপুং নিংথৌ সেলতাকলেল মানুংঙাযতী)। মোংপা য়িমচি মাতা। লাকথা চাউখোংমাথানাযে। কায়পী সারোমপল। থোংলেল লম কাবামকী। পালপা কৈবেকলাঙী। য়িমমাঙ থোঙলেল তলমু চানেংয়িমনে। মোংপা নিমিংতুংতী। লাংতে নিংথৌ হুয়েল বাংতৈঙমপু। য়িমনীঙ মোইমিং লচুনায়ে। মারান তাফৌনিংথৌ। গুয়েল চোংলেলপাতী। য়িমনিং ৭ সেলয়ালনায়ে। মাথান নিংথৌ অচোংঙাতী। মোংপা য়িমনি-ঙতুংতা লাকথা চাউখোং মাথানায়ে। লোইপী অতাঙথুনকী। তুরাসেক লালথোয়াঙতী। মোংপা য়িমনিঙ নাকতৈমাতা। লা-

থাঙকুম য়িমতৈনায়ে। সারেল মারৈমাপী। হাওনু ফিয়ালন্নপু। তাইরেল ন.রোঙপীচা মান্নংতননা নাহাই য়িমনে। মৈতিংঙু তুপী চারাইরোংপানা। ভিংতৌ থুনঙময়িম। লমতারেং ফানা য়িমনে। রাংকল খুংপীচিঙকী। হুয়েল চিংথেরেঙপু উরেপ চাখিলনায়ে। তোংত ময়াঙকাকপু। মোইমিং লৈচুনায়ে। য়াংথং বোমপা চাপাওব্রাইকী। পানপা কৈচেংলাং কৈরেল উকাপাপু। ফমলেল সায়পু সেলতোপনায়ে। হৈরম মৈতান-সোয়কী। সেনলৈ কাকানে কাতাপা। পাইরৈ তলকানে তল-তাপা। লাপা থারোমপা শিঙলৌ য়াফৈপাপু। মা-সোক সায়পু সেলতোপনায়ে। মাইপঙ চিঙমাংনকী। সিনতাপুং অথৌপাপু। সনা চকফি থোংনায়ে। বাপী খেকবাযপুঙকী। হাওনু কোনতে লৌভাকপী। তায়কোল লৌসংপী। কাংপল পুইতিংব্রাকনা। খোলওনপীপু। য়িমচীন চাকো নারেংথোংনায়ে। লাইচা য়ীতু য়ায়কী তথেন বলবাইপু। মোংপা নাকতৈমাতা। লাকথা চাউথোংমাথানানে।।

নোংতে লৌমল াংকী। কোংঙা মৈসাংপাপু। মোংপা নাক-তৈমাতা। লাকথা চৌখোং মাথানায়ে। হেমপা চাউরেলচি-ঙকী। লাংকোই মোইসায়াপু। থাকা থানা। লৈহাউ সেং-রোইনা তলমু চানেংনায়ে। মোংপা য়িমনিঙতুংতা। মুঙতেক মুঙকারেংপাপু। য়িমু মামৈথকতানা। মোইমিং লৈচুনায়ে। সেললোই লৌখোংচি থারাম মৈকোয়চিঙকী। কাইপী য়েক

সাঙমপু। য়িমনিং ৭ সেলয়ালনায়ে। ৭ নমথৌচিঙকী। সোংংক চৌমু চৌরিরাচোংপু। মোংপা নাকতৈমাতা। লাকথা চাউখোংথানায়ে তাপাং চিঙমতোঙকী। চিঙচাংখোং লালথৌয়াঙপু। মোংপা নাকতৈমাতা। লাকথা চাউখোং মাথানায়ে। সাইরেন য়াঙগীরোলকী। লৈচুঙলেঙকা মাখান লাইকাপুঙকী থোললাং চারাংচেংকা। তাংকং থলতোময়াকী। হয়েল এল লেঙপাকা। মাসেম সেনলিংপাকা। খাপা লৌতৈংলকী। স ভংলাং অথৌপাকা। লালনু ৬ থরোননিকলা। য়িমনিঙ থোঙলেল তলমু চানেংনায়ে। য়িংখিপামহৈপা। কাওরেল থোইকাপাক। পানপা কেরেল ফাপাপু। য়িমতৈনায়ে। মোংপোক চিঙথং সললাই মালপা। মচা চীরেল য়েংলমতা হেনা য়াংনু ফায়েংনা। মচী চীরেল এইরমতা। লৈখান তারৈয়ালনা। হেনমোইপাপু। লাঙচল নারেংপৌনা নাহাংনায়ে হায়তাপারা।

হয়া হে লিকলাই ও। লাইরেল চিংখোঙপু লিকলাই ও। নাতাইরেন য়িরাকমনা। মোংপা য়িমলেন নাখুংফা। মাঙল য়াংপা চিঙকুমপাপু। হয়ালাউনা তেংথারককে। মোংপা য়িমতাংসাং। মাঙল য়াংপাচিঙ। চিংলেল পললাংলা। খোইমোম লাইপুঙখোল গরাংপা। অরাং মোংপী চিঙতায়রেম। তেকপী ওকথুরোইনা। কাকে কাঙমতাপা। সাপী লায়তংপানা।

তলকে তলহুমতপা। ঙাংঙোই ঘোইমোংপানা। সালাথুপ চিঙকুমপা। ঘিমলেলয়ায়নে। সেললোইচিঙঘাচাউ। মাঙন রাংপাচিঙকুমশায়িমনে। য়িমখিঙপুঙয়েপাস্তুং. হিমনাঙ তাতাপা। য়িমনাঙপুঙয়েপাস্তু। য়িমমিঙ তাতাপা। অতেনা কৌপাস্তুঙ। অরাইনা খুমতাপালোক। অরাইনা কৌপাস্তুঙ। অতেনা খুম-তাপায় য়নে। লোইপী কোইবেং হাওথোইতিং। অকুপপা ফামনাহুলপাপু। লিংতাশারা। মোংপা চিঙচেং নারল য়ীতং-তাপা। ঙাংখা গীনলৌ সোইপাপু। কংতাপা। য়ারৌ সাকং ফালপকয়েপাপু। তামতাপা ঘাথনে। কাচেং নাইফা থাংনা থোঙখিংপা। রায়রৌপামপা নুখামথাঙ। কোকচা লাইচা সিল খানথাঙনা। পোরোলপা থাঙনে। মৈতিংঙু তুপী চারাই-রোংপা। লাইরেল থাঙলেন মাথুংস্তু। কাচেং য়াংখু যেকতৈপা। য়েললৈ মৈরাপানা। থাংলেন ফৈনাবামনা। কোলখাশাথোঙ॥

লাইরেল শেতিংঙু থোনাং নায়ামপাকী। তুপী থাংলেন মাথুংস্তু। কাচেংনোংথাং য়েকলাপা। থাংলেন খিংখিং মিং থাপা। ঔত্রা চেকপল খনথেংনানা। থানরল তেংকোলচাইপা। লাংকোই সায়ামলোকশা। সনা কেখেল ১০ খোইপাথাং। থাংলেন লীকলাইবোকপানা। কোলখাপায়িমনে। মোংপা য়িন-তাংসাং। পানপা কেনা সেলশা লোককুমপানে. কৈরেল থাথোকপা লালকুমপা অসীতা। লাইসনা পোঙলেললাকলেল য়িলনা। তেংথাচিললককে॥

ঙ্খিরেন লাইসনা থোঙলেল লাকপেল নাতৈপায়নে। লোইপী চিংপূবোইপা হেমনা তমপুথলগা। সেলপী করো। থোংনাং ময়াং। কেকে মোইরাং। নোংযাই খুমন সেগলোই লংমাই। হেরেম খুমচান। মালতী মাবা উরোক নোংসা। পুমনামা সেনপৈল পাহৈব মাসি। লালনু সীসীঙমাবা। অঙৌপা সেলগী লোইচাঙমপানাচিংনা। ফানানাকনে। যোয়বেল অতেনলৌখামপানা। পাংমেল সোয়সিনপা। তনলা সোয়বা মপাপু। স্নকমু নৈতমফেলনা। কোরৌ মচীতাগ। বাড়ুপেল মনাঙতাকনা। মালেম চিথেক ৪ মা। মাযকৈ ৮ গা। ব্রানবা সামিকো। হুযেন লালমি কৌনা। মোংপা লাকথীনফগ। লেমলৈ ঙামি কৌনফমনে॥

লাইরেল ঙাংদোই যোযমোংপা যিমতাংসাং। চোংপী চিঙসাংফালনা কুইযিকুম। নমুপোংনা থাইপা লালংপু। মোংপা চংলম ফালসাংযিলনা। তেংথাসিললককে। মোংপা থাঙহ্না কাবেনমতৌ। মৈতৈরেমা লোংপালনোন নোংমোইজু অহোংপী কাবেলয়ায়নে মোংপা ফমমোহানং ফমলাংমৈ। থাঙড়া কাঙলংমেনে। মেতৈরেমা নোংপাললোন কাইনৌচাঙপোমপী থোকুম লোইহাফমনে। সাংস্নক খুনঙমফম। তাথেনমুং ফানাফমনে। মৈতিংগু সেলপা থাকেমপানা। মাবিং খুলকঙ ১০ মাপু। সলতং নারেংচিং। সেনচাঙ নমতাপোনা। লোইহাফমনে। লোইহা পুরুমফম। কারোংলাং ফানাফমনে। মৈতিংগু

পোইষ্টরৈ থুলচাউপা। তাখেন নারন ৫ মানা। ম লপী থুতপমানা। মুকমু লৈজোলকোলনা। পুক্রমফমনে। তাখেন মানলং মাথোঙচীন। ঋমকোল মারাঙচিঙকী। চসমানিক্যা ফানাফমনে।

মোংপা থাঙচা কারেনমাতী। নোংপাললোন নোংমোইনু ক হোঙপী। ১০ চাকচাফমনে। নোংথোরেল তুপী চারাইরোং-পানা। তুমমু খুনঙমকন। চাপক মেলজোংমাচা। লাসাম-মারাক্টচা ফানাফমনে।

মোংপা কারেলনাতী। যোয়পু চিঙখোঙ নাকতৈকী। স্নোযহৈলোয়নাই লুমলাংসকপী কারেনয়ায়নে।

থাঙজা কারেনমাতী। য়াংলা সোপোল য়াইরেল কানে। মৈতিংঙু নাউফঙপানা। নোংপাল কাতেম যাংখুপাকী। য়াই রংচালপু। লাপা খাতাঙ বোইবেল পোঙসিন তুহাউলৈনাকো-ইনা য়াইমুলনাপা। য়াইরংচাল। য়াঙলা মচাইরোই। সো-পোল মাফেৎলোইপু। ফিলথুনায়নে। চিঙতায় থুনঙমখোক। অবাং নোংনেন চাগুলখোক অরোল সোপোল লোইকেলখোক। খোকমিংচুন খোকতাংপাননে। তংলংচুননে। থাঙরায় লী-কপুনসি কাচেং লাযাথো। চাইখোংতাপুঙ চিংচাউলী। থুরোয লীতাংসাং। হাওকু যাইথমপোক। চিঙসেং য়ায়তাং-তল। লীমিংচুন লীতাংপাননে। চিলপা পোলজাংখোক। আরেপল সোপোল লোইকেনখোকনে। লোইপী চিপুলায়পাপু। হেমপা মতুচুং। পনথেঙয়ায় যীরোক ফকুৎপাপু। খোলথংয়াই।

চিঙসাং অরাংপা মানা নেমনা ফোয়থায়াই। মাকলং কলনা চোং। নিংথি য়ীরানবৌ। অরা লোইথৈ থোং। মুংয়োং মাপান ফুকনা পলথেংযাই। খাগুং মিংনাইপা ফানায়াই। য়াংলা সৌপোল য়াহরেলকানে।

থাঙডা কাপুমতাতী। নুংনাং কাউখৎকোলনে। কাউপী সলথোককোল। তায়ম নাইথোককোল। য়োয়পু লৈমা অঙনপী চংচিলকোল। যোয়হৈ সলকল আবেমপী। হাচিলকোল। সেবি মথোঙ পালতাপানা। মাথানা চংচিলকোল। মুংফি মসাপালতাপানা। মথানা পাইচিনকে ল। রাইচীক চীক অচীক পা। রায়রংকোল অকোলপানে। মাবাইমানা তালফংতা। পোংলাই মানা সেংচঙতাপা কানে। তুপী মাপ'চা লাইবেল ময়েললু। তুপী হৈগাং মউসা। লাহবেল তাউচিঙ ঠৈহকোল। ১০ হকোপা। রাংৈল য়কোপা। সমচিল পুলনৈ সাপা। কৈথোঙ মুকমুতোলনা চৈপীকানে। চৈপীতে॥

মুতু চন্দু সনালাংনৈরেমপী মালকৌথাঙনা। কোকচা লাইচা সিলয়ানথাঙনা। ঙমপলকাপারা ঙমপলতাপা। রাকচিঙ লোতী মারাপাক। মাংপা য়িমতী য়িমতাংসাং। তিঙতা ওলকোইফমনে। য়োয়রেল অতোল লোখামপাকা। তাউরোয় পুংনেকী অসৈ পলমাপাকানা। য়িন্নুং সোয়য়ায়মাতা। মিয়েংনাউ মুমতা। খোমলেন তুমকনতা। নোংয়ায় সিঙচেপ

মৈরা হাইচাউথাললা। থারৈ লেমলৈ ঙা। পাংতোল কোল-তোল ঙাপু। বালচেং কপোক পোক। লেমলৈ খেরাংথাংনা। পেঙপা লুরোই কারকও। চীনকোয় য়ামনা পলনা। লেমলৈ ঙাকৌফমনে॥

মোংপা থ'ঙঙা কারেনমাতী। লাইসনা উংখাতাবায়খাওনে। থংচারেমনা ঙাইচা ফমনে। থংচা ওংচারেমনা ঙাইনাফমনে। নাকপ য়েনথারেললেম। কৈবল সলাসুং লেম। খাপী লাংপী-লেমনা। য়োয়রেল সায়ীরাং পুঙকায়পা। মৈনম নোংচেলপা। কৈরেল লালকোপা অতেনলৌথামপা। য়োয়রেল সললাই ৭ লেম। অসৈ যীবান পোংপৈরেমনা। ঙাইনাফমনে। মোংপা সমচিলফমনে। থাঙঙা কংলাংমৈ। তুপী সনা মচীরেল। লাইরেল চীরেল য়েংকোয়লৈনা খোংনাফম। পাকলোয় ঙৈচা থোমতাই য়েংনাফমনে। মমু তোমসোল চিলনাফম। সনা লাঙচৈ ২ সং-সঙথোকনা। পাচেঙ সময়া খোমনাফমনে। মৈতিংঙু নোইনাই থাবালথাপানা। অতোল বাহেঙথোং। অমোমৈতাঙপা। নোং-য়ায় থোঙপু তরেমপাচা। সুমু লাংসুন মানাউ তাউচিঙ হ-পামপা ফানাফমনে। মৈতিংঙু মুয়াফাপানা। কেকে মোইরাং খোয়পারাসিকাপুথোমপা ফানাফমনে। মৈতিংঙু চারাইবোং-পানা। কেকে মোইরাং থামপীলেমা। পুকৈরেল লাংসুসু ফানাফমনে। থাউরায় নিংথৌ ক্যামপান।। লীবা চোমমংলৈ।

মাঙথঙ মুংতোংলৈকী। লাংকোই মৈনাঙমপী। তেপীফাপী কৈথেললোকপী ফান ফমনে॥

মৈতিংঙু নোংপোক সনাতেপা। চৌনৌ সন খাম-পামপানা। খারম তুরেক খুনঙমফম। তুল ইকুপপা লোলমাথংপা। মারুমপী লাইসেল লাইপাউ তাউপী ফানাফমনে। মৈতিংঙু সেলপী কপোমপানা। পুরুম খুনঙমফম। লাংকোই মায়ামপী। তুলাইবোবপী ফানাফমনে। মৈতিংঙু কোরৌ নোংথিল চাইপানা। থোংনাং খুনঙমফম। লাংকোই ময়ামপা লোকনাফমনে। মৈতিংঙু সেলপী মুংয়ামপানা। মুংয়োং খুন-ঙমফম। কৈতোংখম মিংনাইপা সনা য়েলপা সাপা ফানাফমনে। মৈতিংঙু সেলপী খাকেমপানা। থোংনাং খুনঙমফম। তেব-কারাচা ফানাফমনে। লাংকোই খিংকারাচেংকা। পাত্রাচেংকা। সামু ৩০ লোকনাফমনে। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাউপানা। খামরল খুনঙমফম মঙত্রা ফানাফমনে। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনমোমপানা। পাইখু খুনঙমফম। মোলথৈ খুনঙমফম। হুয়েল পামলৈনপ ফানাফমনে। মৈতিংঙু তুপী চারাইরোংপানা। মাসেম খুনঙমফম। হুযেল সেললিংপা ফানাফমনে। মোংপা সমচিল লোয়যাফম। আয়াঙ লেমথোঙ পুঙথফমনে। তাউ-রোয পুংলেলকী। অসৈ পলমাপাকা। লাংলেল কোংয়াঙ পৌতোংচৈ তাংতলপাপু। পুঙচৈ কৈনা হাইনা। রাংলেন

থীনখায়হৌ। ব্রাকনা মায়রোয়নানা। হিথা লালথা মাকোইনা ফোংনাফম। খাপা লাংথংচা মাকুলালুলেমপা। মারাক মরল থোইপা। লাংলেল চানা য়িথাঙ থৌকুমপানা। তেললোঙপা-সিফমনে।

মোংপা থাঙভা কারেননাতী। ব্রাংলেন পুংয়াইওইপা। য়িঙা কুমচেলপুঙ। য়িঙেল কুমথায়পুঙ। য়োয়রেল সঙয়াখীকী। ব্রাংলেন পুঙকাইপানা। অচেন লোকলৈহৌনা। চিঙঙু পাউতাকপুং। ব্রাংলেন পুংয়াইওইপাপু। তৌরাংফকনাথলনা। ব্রারীকানে। কোরৌ-য়ীর ৎফমনে। য়েনলেন তেংমাইথিনপা। নোংমায় সীঙচেপ মৈরা হাইচাউবোয। হোঙলেননাপে বোননা থোথামথোঙনে। খোই-মোম হাকারৈনা য়াক নিংহৌ কারেনয়ায়নে। অতাই পুরি-থোকনাফম। অপোক চাতা লাইচইফমনে।।

মোংপা কারেনমাতা। য়োয়হৈ হৈরোংনাই ভাকলপী। ব্রাংকোই বৈকাহলপী। লাইচা য়ীবান হলপী। উসোঙ লৈ বাললোয়। চবৈ ফিরংহলপী লৈবক তেলপুমখীপী। হংচুপ তেংলীবীপী। নেমপী তংথাংয়ৈ। থাপী মান্থংওইনা। মানু লাইহোই তালপী। সঙলৈঙ লোনলুহলপী কারেনয়ায়নে।

মোংপা কারেলমাতী। ব্রাংঙমলোন লৈমা লাইরোকলেন-পীকা। নংকমচিংপীসুঙ। লাইকমলাংপী। মেৎপী লাইপীকা। মথোয় ৪ মানা য়াতাতারিঙৈ। তমপা ব্রাংঙমলোল। মাপল থোইনাপালপী। পালথোইপী। মাতুথোইনা ব্রাংপী ব্রাংঙম-লোন। ব্রাংঙম সকতারিঙৈ। মাতোম ব্রাংঙমসকপী। তমপা

থাত্নুরিজৈ। মাতোম তমপাথমপা। চিঙলাই নৈমা কাচেংঙা-লপা চন্না। মাতোম হালনা ম্লাতাকানে। মোংপা থাঙতা নিঙঙোল কানে॥

থাঙ্গা কারেনমাতী। খোংপা লপয়ালকা। লাংলেল সারেঙ্গ পুরুমায়থা। ... মিতমকাম্নে লেঙ্গুং য়াপীরোক চাখা নোয়রোলপীরুম নুয়াম সাকপীনা। মহুইরোল খোইমোম লাইনা সাপীও। য়িকমলেন অরাংপা। য়িফালনলেন অগৌপা। হায়পাভী অসিনা সিলনৌলারো। হায়না সিলনৌ কানে। লাইসনা থায়র কোকোন তুখীয়োইনোংতা। নোংতা লাইরেল পাথংপা। কমতোংখোংনে। কোরৌ ললসাফম। রাংপল পাউফাকমনে। অসৈ পোংথোকফম। অমাই হিথাংকমনে। মারোই ঙাইপামাসেল। মারম ঙায়পা মাসেল। পাচা সেল-কু ঙায়পা মাসেল। মুণ্ডক তানফম ঙায়পা। লিরৌপা সা-ঙায়পা। হাইকোং লাকোংঙাফপা মাসেল। কেকে মোইরাং পুংদুং। নোংযাই খুমল পুংমুং। থাংসা ঙায়খোংপুং। চেংনৈ ফালতেকপুং। হৈরেম খুনচান পুং। থাংঙা য়োখাল পুং। হাউরোক কোনথৌপুং। থাংঙা কমপোংপুং। সেললোই লংমাই পুং। লুংপাল লুরাংপুং। মালতিং মরাপুং। উরোক নোং-সাপুং। খুনর্ফম ঙাংচেংপুং। লোকথা হাওখাপুং। হাওকপ চিংসাংপুং। খুলপী লোনলাং পুংচং। রাংলেন পুং ১৬ মাপু লাউথায় ভিলচিলফমনে। অতেনা কৌপা অম্নাইনা তাঙারিঙৈ।

তারোকানে। অরাইনা কৌপাপু অতেনা খুনতারিঙে। খু লোকানে। কোয়ো নোংতুকম। মালেম লৈতুকমনে। থাঙ লপলেমকা। কাসা খিরাংকমনে। বাকমনা কংলৈ পুঙলে য়ামপা। লৈত্তোঙহপা পুঙপু লোইরেল খিবাকমনা। পুনা খিবাললৈ। সিঙলেন লৈপুনসিপু। মোংপা চংলম কানম খিননা তেংথাসিললককে। লোইতাম থানৈ চাউসিললৈ। বি য়েংমাললৈ কোনসিললৈপু হয়া লাউনা কোনসিললমকে হয়িচাহয়া হে॥

---

লোইরবা

---